# ভারতা চংনবা জগোই মখলশিং

*( Different Dances of India )*



প্রোঃ সনসম ধনেশ্বর সিংহ, নৃত্যাচার্য্য

# ভারত্তা চৎনবা জগোই মখলশিং

## (Different Dances of India)




~ ইজবা

প্রোঃ সনসম্ ধনেশ্বর সিংহ, *নৃত্যাচার্য্য*

বি, মিউজ (মণিপুরী ডান্স), বি,মিউজ (ভরত নাটাম)

*প্রাক্তন নৃত্য ধ্যাপক*

কুন্দন বিদ্যা মন্দির, লুধিয়ানা (পঞ্জাব)

ফোংজবা—

অইবা মশামক

বড়বিল

পোঃ ফুলেরতল

জিলা ঃ- কছাড় (অসাম)

পিন ঃ- ৭৮৮১০৬

অহান্বা খুৎনম ঃ ১৯৯৮ ইং






লাইরিক ফংফম ঃ অইবগী লৈফম

মমল ঃ লুপা ৫৫/-

নম্ফম ঃ পূর্ণিমা পাব্লিকেসন প্রেস, উলুবারী, গুৱাহাটি-৭

# BHARAT-TA CHATNABA JAGOI MAKHALSING

*(Different Dances of India)*

By

**Prof. Sanasam Dhaneswar Singha**

*"Nritya Charya"*

**B. Mus. (Manipuri Dance), B. Mus. (Bharat Natyam)**
**Ex-Professor in Dance**
**Kundan Vidya Mandir**
**Ludhiana (Punjab)**

# ~ কৎচবা ~

ঐখাকপু পোকপী ইমা
ইবেম্মা, মৈতাঙসম্বম নিঙোল
সনসম ওংবী ৺শ্রীমতি রানী
দেবীগী স্মৃতি উদ্দেশ্যদা ঐখাকী
কণমদগী পুখোকচবা
"ভারতা চৎনবা জাগোই মখলশিং"
হায়বা লাইরিক অসি
কৎচরি।

— কৎচরিবা —

সনসম ধনেশ্বর সিংহ



(ওইদগী য়েৎতা) নটগুরু ৺থাংজম চাওবা সিংহ অমসুং শিষ্য লেখক : ১৯৭৯ খৃ:

**NATAGURU SHRI THANGJAM CHAWBA SINGH**
**(WINNER OF SANGEET NATAK ACADEMY AWARD)**
**POSTGRADUATE GURU**
**JAWAHARLAL NEHRU MANIPURI DANCE ACADEMY**
**IMPHAL (MANIPUR)**

**Residence**
Khurai Thangjamleikai
P. O. Imphal (Manipur)

## TO WHOM IT MAY CONCERN

This is to affirm that Shri Sanasam Dhaneswar Singh was my student for the period from 1952-55 and had undergone full training course on Manipuri Dance including Meitei Sankriton, Natapala, Cholom and Duhar. The cholom includes Rajmel cholom, Tanchap cholom, Menkup cholom and other Punglon cholom and various other talas and Manipuri songs with its mythological and theoretical backgrounds. He is a well-known and promising man among all my students from Manipur, Cachar & Tripura. He has been quite well known among the Cachar gurus and outside the state for his outstanding performance.

He has also undergone training course under the guidance of my guru Late guru Chungkham Thambalangou Singh where he had learnt Dasavtar Dance and Duhar Cholom with its theoretical and historical background too.

I consider him a well disciplined and a promising man bestowed with the knowledge in the field of dancing.

I wish him good luck and success in life.

Sd/-

**"Nata guru" Thangam Chawba Singh**
*(Winner of Sangeet Natak*
*Academy Award) Post Graduate Guru,*
*Jawaharlal Nehru Manipuri*
*Dance Academy, Imphal*

*Dated : The 18th March, 1975*

(This copy has been translated from the original Manipuri Script written by guru Thangjam Chawba Singh.)

## ॥ সম্বর্দ্ধনা পত্র ॥

প্রতি [illegible handwriting]

শ্রদ্ধাভাজনেষু,

আসামের অফুরন্ত সংস্কৃতি ভাণ্ডারে আপনার [illegible] স্বরূপ অবদানের জন্য কলাগুরু বিষ্ণুরাভা দিবস '৯৭ উদ্‌যাপনের আজকের এই শুভ মুহূর্তে রাজ্যের সাংস্কৃতিক সঞ্চালকালয় আপনাকে সম্বর্দ্ধনা জ্ঞাপন করছে। তৎসহে আপনার সাংস্কৃতিক কর্মময় জীবন ও দীর্ঘায়ু কামনা করছে।



শ্ৰদ্ধাভাজনেষু

অসমৰ অফুৰন্ত সংস্কৃতিৰ ভঁৰাললৈ আগবঢ়োৱা আপোনাৰ অনন্য অৱদানৰ বাবে কলাগুৰু বিষ্ণু ৰাভা দিৱস '৯৭ উদ্‌যাপনৰ আজি এই পবিত্ৰ মুহূৰ্তত সাংস্কৃতিক সঞ্চালকালয়ে আপোনালৈ সম্বৰ্দ্ধনা জ্ঞাপন কৰিছে। লগতে আপোনাৰ সাংস্কৃতিক কৰ্মময় জীৱন আৰু দীৰ্ঘায়ু কামনা কৰিছে।

সঞ্চালক

সাংস্কৃতিক সঞ্চালকালয়

অসম, গুৱাহাটী

২০ জুন ৯৭

# ৱাহৌদোক

সনসম শ্রীধনেশ্বর সিংহ, নৃত্যাচার্য্য, বি. মিউজ (দখল) য়াম্না অশাং ওইরিঙেদগী হৌজিক হৌজিক্তা খ্বাইনা মণিপুরী নৃত্য অমসুং খরা খজিক হায়রে হায়দুনা খন্নরবসু অখন্নবা জগোই পুম্নমক্তগী মালেমদা তোমথিন ওইনা লিখৎলকপা জগোই মণিপুরী ডান্সতা ওঝা গুরু কয়াদা চঙজরগা আসাম রাজ্যগী কছাড় জিলাগী বড়বিল খুঙ্গংদগী মপাল থোক্তুনা বেঙ্গল, বিহার অমসুং উত্তর প্রদেশতা প্রতিষ্ঠান কয়ামুক্তা মনিপুরী জগোইগী ওঝা ওইদুনা লেল্লবা তুংদা পঞ্জাব রাজ্যগী কুন্দন বিদ্যা মন্দির (লুধিয়ানা) দা চহি কুনতরেৎ জগোই ডিপার্টমেণ্টকী লুচিংবা ওঝা ওইনা লেল্লকপদা মণিপুরী জগোইতা নৎতনা ভারত্তা চৎনরিবা অতে অতে জগোইগী মরী মখোঙ, শম্না পল্লবদা ভরত নাট্যম, কথক, কথকলি মোহিনী, উরিষী, কুচিপুরী, ভারতকী রাজ্য অয়াম্বদা চৎনরিবা লোকনৃত্য ভাঙ্গড়া, রাজস্থানী, নটী, গরবা, দিণ্ডি, উত্তর প্রদেশকী পাণ্ডব জগোই, বেঙ্গলগী ধামাইল, চউর নৃত্য, সাঁওতাল, পালী অসিনচিংবা খঙনরকপদগী জগোই কাঙলুপশিংগী মহাও (রস) মচেৎ অমত্তং মণিপুরী লোন খঙবা অমসুং লোম্বা মীয়ামদা ফাওহননিংবদগী "ভারত্তা চৎনবা জগোই মখলশিং" (Different Dances of India) মীংথোলদা লাইরিক অমা মীয়ামদা খুদোল ওইনা পুথোকচে।

লাইরিক অসিনা ভারত্তা চৎনরকপা অমসুং চৎলিবা জগোই খিবিক্কী চাওরাকপা পরিচয় পীবতা নৎতনা মণিপুরী সাহিত্য জগৎতা অনৌবা খোঙহৌ অমা পুরকপগী মনি তাহল্লি হায়না থাজে।

মহাক্কী লাইরিক অসি মীয়ামগী অমসুং ওঝা গুরুশিংগী নুংশি মীৎয়েং তাবিগনি থাজে। অরোইবদা মহাক্না হোৎনজরিবা অসিদা কলাগুরু রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনচিংবা থোয়দোক্না শিংথানিংঙাই শ্রীশ্রীগোবিন্দগী কৃপা পীনবা ওইসনু।

ইতি—

ময়াংম্বম নীলধ্বজ সিংহ
সাহিত্য ভূষন
রিটায়ার্ড প্রিন্সিপাল
বুনিয়াদী শিক্ষক প্রাশিক্ষণ কেন্দ্র,
উধারবন্দ, কছাড়
প্রাক্তন সভাপতি
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, অসাম

শ্রীবার
২১/৯/৯৬ ইং

# FOREWORD

"Dances in India", if not a magnum opus, is indeed one of the best products that comes out from the prolific pen of Sri Sanasam Dhaneswar Singh. Nrityacharya, B. Mus. (Double). A true devotee of dance. especially that of Manipuri right form his childhood, Mr. Singh acquired the knack of it under the tutelage of renown Gurus. Then led by the unbridled desire of his ambition, he left his lovely tiny emerald hamlet. Borbil and visited different places like Bengal, Bihar and Uttar Pradesh and worked at different institutions in these places as a teacher of Manipuri dance. His exodus, in the long run. came to an end. in the land of the five rivers where at Kundan Vidya Mandir (Ludhiana) he spent nearly 27 long years as the lone Head of the Department of Dance. While staying still there, he picked up acquitance with different genres of Indian Dances such as Bharat Natyam. Kathak, Kathakali, Mohini. Orissi, Kutchipuri, Lok Nritya, Bhangra. Rajasthani, Nati, Garba, Dindi. Pandab Dance of U.P.. Dhamail of Bengal. Chaur Nritya. Sautal. Pali, etc.

"Dances in India" is an epitome of these diverse experiences and he took the venture of such an humble work with the sole aim of introducing them to the Manipuri speaking people and getting them relished their unforgettable tastes at the same time.

Through the descriptions in the book are brief and short. they touch on all the aspects of dances in vogue in India. both past and present. and as such the book is unique in its own way. being the first of its own kind in the domain of Manipuri Literature A glance through its contents will surely testify to this.

I do firmly hope, the book will successfully enthrall both the common readers and the learned Gurus alike. May the art maestro. Late Maharaj Rajashri Bhagyachandra shower his blessings unreservedly upon him for his humble venture.

**Mayanglambam Niladhaja Singh**
"Sahitya Bhusan"
Retd. Principal.
Basic Training Institute
Udharbond. Cachar
Ex-President
Manipuri Sahitya Parishad. Assam

Sribar
the 21 September 1996

***(Translated into English from the Manipuri original by Prof. Y. Rasbehari Singh. Nehru College. Pailapool)***

# ৱাহৈ খরদং

মণিপুরী পুং ঈশৈ জগোইগী মরমদা ওঝা গুরুশিংনা ইমালোন মণিপুরীদা অৱাং-অপা লৈতনা লাইহিরিক লাইশু কয়া ইদুনা ফোংদোকপিখ্রে। অদুম ওইনমক, ভারত্তা চৎনরিবা শাস্ত্রীয় নৃত্য (Classical Dance) অমদি লোক নৃত্য (Folk Dance) গী মরমদা মণিপুরী লোনদা ইবা লাইহিরিক অসিমদি ঙসি ফাওবা অমত্তা লৈখিদ্রি হায়বা য়ারি। মরম অসিনা নৌনা হৌগৎলক্লিবা কলা প্রেমী অমসুং কলাকারশিংগী মফমদা খজিত্তং মতেং ওইবা য়াগদ্রা খঙদুনা লাইহিরিক মচা অসি ইজবনি। অদুবু য়াম্লা অরুবা হীরমগুক্তা ওইবনা লাইহিরিক অসিদা অরান-অশোয় কয়া য়াওরম্বা থোক্লবসু মদু অখণ্ড-অঁহে ওঝাশিংনা তাকপিরক্লবদি মথংগী খুৎনমদা শোয়দনা চুমথোক্লবা হোৎনজগনি।

লাইহিরিক অসিগী ৱাহৌদোক্তা ইকাই খুম্নজরিবা ওঝা শ্রীময়াংলম্বম লীলধ্বজ সিংহনা মরীক চুম্না শক্তম অমা উৎপিরকপা অসিগীদমক ওঝাগী মফমদা ঐহাক্না শিংঙমদ্রবা লমন তোনশিঞ্জরে। লখিপুরগী ইঙুদম দোরেন সিংহনা মখুমগী লায়েক য়েকপিরকপগীদমক হন্না হন্না থাগৎচরি। নেহরু কলেজ, পোয়লাপুলগী ইংলিশ ওঝা শ্রীয়েংখোম রাসবিহারী সিংহনা ওঝা নীলধ্বজগী মণিপুরী ৱাহৌদোকপু ইংলিশতা হন্দোক্লুনা পীবিরকপগীদমক্তসু থাগৎচরি।

অরোইবা ওইনা, পূর্ণিমা পাব্লিকেসন প্রেস, গৌহাটিগী প্রোপ্রাইটর শ্রীজিতেন সিংহ অমদি প্রেসকী ইচিল ইনাওশিংগী মফমদসু ঐহাক্কী তৌবিমল উৎচরি। মখোয়না হোৎনবা কব্বদগী লাইহিরিক অসি মতম চানা সমাজকী মীৎয়েংদা পুথোকপা ঙমজবনি।

বড়বিল, কছাড়
তাং ১/১/৯৮ ইং

নোল্লুকচরিবা—
সনসম ধনেশ্বর সিংহ

# হীরম লামায়

# মালেমদা নাট্য কলানা অহান্বা

## থোরকপগী ৱারী

লাইকুটী কুনথ্রা হৌমদোৱগী লাই নিংথৌরেন ইন্দ্রদেব মহারাজনা লাইয়াম পুম্নমক্না লোইনদুনা লোকপিতামহ ব্রহ্মাগী মফমদা হায়জরই– মালেম অসিদা য়েংনানবা অমসুং তাননবা, শাননবা অমা পাম্মী মসি শেম্বিয়ু হায়না লোকপিতামহ ব্রহ্মাদা হায়জখি। লাইয়ামশিংনা হায়বদু তারগা করে হায়দুনা লাইয়ামশিংবু চৎলনখি। মতুংদা পিতমহ ব্রহ্মানা যোগ্ সাধনা ধ্যান তৌদুনা বেদ্ মরিমকপু নিংশিংলে। মদুদা ব্রহ্মানা ময়াম পুম্নমক্কী মঙ্গল য়াইফনবা ওইনা ধর্ম্ম ফংনবা লন্ ফংনবা, মিংচৎ ফংনবা পাওতাক য়াওবা ময়ামদগী থোমজিন্লগা অমসুং মতুংদা হৌরকপা ময়াম পুম্নগী তৌগদবা থবক পুম্ব অক্পা শাস্ত্রপুম্নগী অর্থনা তিন্বা খুৎশা হৈবগী মতৌ উংপা নাট্য কৌবা বেদ্ অমা ইতিহাসগা লোইননা লেংঙগে হায়না নিংখি। মদুম্না নিংদুনা বেদ্ পুম্নমকপু নিংসিংলগা অথোয়বা বেদ্ মরিগী অঙ্গদগী নাট্য বেদ্ শেমখি। মদুদা ব্রহ্মানা ঋগ বেদ্দগী (চিন্না হাইহা) সাম বেদ্ দগী (ঈশে) যজুবেদদগী অভিনয় অমসুং অর্থর্বব বেদদগী (রাহে) লৌই। লোকপিতামহ ব্রহ্মানা বেদ্ উপবেদ্গা মরি লৈনবা নাট্যবেদ্বু ঈনৌ নৌবা ওইনা শেমখি। অসুম্না নাট্য বেদ্ শেম্বা লোইরগা পিতামহ ব্রহ্মানা ইন্দ্রদেব মহারাজদা হায়খি, ঐহাক্না নাট্য বেদ্ শেম্বিরে লাইয়াম শিংদা পিবিরে। অদুদা নংনা নাট্যবেদ্ অসি অনা অয়েক লৈতবা হৈশিংবা পুক্রিং চেৎপা অৱাবা খাংবা কন্বা, অসিগুম্বা গুণশিং লৈবদা শিনৌ হায়না ব্রহ্মানা ইন্দ্রদেবতা তাকপিখি। ৱাফম অসি তারগা ইন্দ্রদেবনা মখুৎ তরা লোম্নদুনা খুরমলগা পিতামহ ব্রহ্মদা হাইজে হে লোকপিত্রামহ লাইদি নাট্যবেদ্ অসি খঙবা হৈবসুঙমলোই, বেদ্গী অথুম্না খঙবা ব্রত চেৎপা মুনিশিংতনা মসিবু লৌবা শিজিননবা অমসুং ফাদুনা থমবা ঙমগনি। ৱাফম অসি তারগা পিতমহ ব্রহ্মানা ভরত মুনিদা মচা চামাগা লোইনবদা নাট্যবেদ অসি পিখি। ভরতনা মচা চামাদা মানা মানা হৈনগদবা মতাং খন্দুনা অমসুং পিদুনা নাট্যবেদ্ অসি তম্বিখিরম্মী। ভরত মুনিনা অহান্বদা নাট্যবু ভরতী, সাত্বতী, অমসুং আয়তৃতী বৃত্তি অহুমদা তম্মী। মচাশিংবু হৈরে হায়না উরবদা ভরত মুনিনা ব্রহ্মাদা নাট্য শান্নজরগে হায়না হংগৎলবদা। ব্রহ্মানা কৈশিকী বৃত্তিদা শানৌ হায়না তাক্রে মাদু তারবদা ভরতনা খুমলে কৈশিকী বৃত্তিদি শৃঙ্গার রসকী মরমদা নুপী অমসুং ঈশৈ শকপা, য়াওত্রবদি নৌবা ওইরোই শীনবিয়ু হায়রে ৱাফম অসি তারবদা ব্রহ্মানা মহাক্কী পুক্রিংদগী অপ্সরা ময়াম শেমদুনা পিখি। অমসুং নারদ্নচিংবা গন্ধর্বশিংবুসু ঈশৈ শকনবা পিবিখি। পুম্নমক অসি ফংলবদা ভরত মুনিনা কৈশিকী বৃত্তিদা নাট্য শানবা ঙমলগনি হায়না

খনদুনা ব্রহ্মাদা করি নুমিৎতা নাট্য শাস্ত্রৌ হায়না হংগৎলি পিতামহ ব্রহ্মানা লাক্লিখা ইন্দ্রদেব মহারাজগী ফীরান হোংবা নুমিৎতা নাট্য শাননবা তাকপিখি। হায়রিবা নুমিৎ অসিদা ইন্দ্রদেবগী ফীরান হোংবদা ভরত মুনিনা মচা চাষগা লোইননা নাট্য শানখি। নাট্য শানবা অদু য়াম্না নুংঙাইয়ে মদু উবদা হিংচাবা শিংনা মখোইবু ইকাইবা পীবনি হায়না খন্দুনা নাট্য থুগাইনবা লাক্লরবদা ইন্দ্রদেব মহারাজনা কনখি। মতুংদা অসুম্না হিংচাবাশিংনা নাট্য শান্নবদা থুগাইবা ঙমদনবা পিতামহ ব্রহ্মানা ভরত মুনিদা নাট্য শানবগী রঙ্গমণ্ডপ' শাবদা 'রঙ্গপীঠ' শৄজানচিংবা ভরত মুনিদা তম্বিদুনা মতুংদা অমুকসু সমুদ্র নৈবা (সাগর মনথন) শাগ্নে অয়েং অকায় চংদয়ে। অসিগী মতুংদা ব্রহ্মানা লাইয়ামগা লোইননা ভরত মুনি পুদুনা সদাশিব (মহাদেব) গী মমাংদা নাট্য শাম্লরক্লো সদাসিবনা মদু উবদা য়াম্না পেল্লে মতাং অসিদা ব্রহ্মানা মহাদেবতা হায়জখি নহাক্না পেনবীরবদি থৌজানবিদুনা নহাক্কী অঙ্গহার জগোই ময়াম অদু ভরত মুনিদা তম্বিনবা হায়জে। মহাদেবনা মহাক্কী দাস তণ্ডুবু ভরততা মহাক্কী অঙ্গহার ময়াম অদু তম্বিহনখি। খুদম— মহাদেবগী য়াথংনা ভরত মুনিদ তণ্ডুবনা তম্বিখিবা অঙ্গহার জগোই অদু নাট্য শাস্ত্রাদা হায়রি, মদুদা তণ্ডুনা তাকপা তাণ্ডব জগোইগী (নৃত্তকরন) খোংচৎ খোংকন ১০৮ নি। অদুগা তাণ্ডবগী জগোই শাবদা (উতপ্লবন) চোংবা মচোং ৩৬ নি অদুনা শুপ্পা ১০৮+৩৬ অসিনা জগোই মখল মখা মশিং নাইদনা থোকখি।

য়াকম অসিদগী ভারতীয় শাস্ত্রীয় নৃত্য (Classical Dance) মখল খুদিংমক্তা তাণ্ডব অমসুং লাস্য হায়না খায়রিবা অসি মহাদেবগী অঙ্গহার জগোইবু ভরত মুনিদা তণ্ডুনা তম্বিখী হায়দুনা তণ্ডুগী মিং লৌদুনা তাণ্ডব জগোই হায়না কৌনখী। অসুম তৌনা ভরত মুনিদ পার্বতী না লাস্য জগোই তম্বী। মরম অসিদগী তাণ্ডব অমসুং লাস্য অসিনা মালেম শিনথুংনা সন্দোকখি।

লাস্যগী মরমদা য়াকম খরা অমুক পাবৰতীনা উষা দাসু লাস্য জগোই তম্বিখী। উষানা দ্বারকাদা শ্রীকৃষ্ণগী মচু কামদেবগী মচানিপা অনিরুদ্ধদা ওংদুনা দ্বারকাদা লৈরবদা দ্বারকাগী গোপী শংগোম য়োম্বীশিংদা লাস্য জগোই অসি তম্বিখী। অমসুং গোপীশিং অসিনা অমুক সৌরষ্ট্রগী নুপীশিংদা তম্বীদুনা লাস্য জগোই অসি মালেম শিনথুংনা শন্দোকখী। অসুম্না নাট্য কলানা মালেম দেব লোক অমসুং ইহলোকতা থোরকখি। লাস্য জগোই অসিনা পাবৰতীনা পুথোকখিবনি অমসুং তাণ্ডব জগোই অসিনা মহাদেবনা পুথোকখি। অদুগা তণ্ডুবদা তম্বীদুনা তণ্ডুনা অমুক ভরত মুনিদা তম্বীদুনা মালেমদা শন্দোকখিবনি। তৌইগুম্বসুং ভারতকী সঙ্গীত কলা নাট্য কলাগী জগৎতা য়ুমফম ওইরিবা বেদ্ পুরান মশক ওইরবা (নাট্য শাস্ত্রা) হায়বা (গ্রন্থ) লাইরিক অসিবু ভরত মুনিনা ইরম্মী হায়দুনা মহাক্কী মমিং লৌদুনা ভরত নাট শাস্ত্র হায়না থোনখিরম্মী।

# ভরত নাট্যম জগোই

ভরতত্তা যে ওদগী চংনরকপা Classical Dance মখল মরি লৈরকখী মদুদি— নোংগো ভরত্তা Manipuri Dance, অরাং ভারত্তা Kathak Dance, খা ভারত্তা Bharat Natyam Dance, অমসুং খা নোংচুপ ভারত্তা Kathakkali Dance, অসুম্না চংনরকখী। তৈইগুম্বসুং ইংশোক ১৯৫২ দগি জগোই মখল অহুম অমসু ভারত সরকার অমসুং সঙ্গীত নাটক একাডেমী নিউ দিল্লীনা Classical Dance ওইনা শকখং মইখংবিখিদুনা লৌখংশিখরে হায়রিবা জগোই মখল অহুম অদুদি— অন্ত্রপ্রদেশতা চংনবা Kuchipuri Dance, উড়িসা লৈপাক্তা চংনবা Orissi Dance অমসুং (মালবার উপকুল) কেরল লৈপাক্তা চংনবা Mahini Attam Dance মখল অহুম অসিনি। অদুনা শুপ্না হৌজিক ভারতকী ওইনা Classical Dance মখল তরেৎ শুরে। অমসুং মখল তরেৎ অসিগী মনুংদা খা ভারত্তা চংনবা ভরত নাট্যম জগোই হায়বসি হৌজিকী মতমদা বিশ্বজগৎতা শিংথানরবা মালেম পুম্বনা য়াম্না শাম্নরিবা জগোই মখল অমনি, জগোই অসিদা রস মখল অনি হায়বদি— শৃঙ্গার রস অমসুং ভক্তিরস না মপুং ওইব অমসুং "ভরত নাট্য শাস্ত্র" গা য়াম্ন মরি লৈনবা শাস্ত্রা সনমৃত্ ওইবা জগোই মখল অমনি জগোই অসিগী মরমদা সমাজগী মীৎয়েং চিংশিনজরি—

ভরত নাট্যম জগোই অসি খা ভারত হায়বদি তামিলনাদুগী কোনুং মাদ্রাসতগী খা পাংনা মাইল ২৫০ রোম চংথারগা "তানজোর" হায়রিবা জিলা অদুগী মনুংদা লৈবা "চিদম্বরম" গী নটরাজ (শিবজী) গী মন্দিরদা দেবদাসীশিংনা শাবা য়াম্না আরিবা অমসুং শাস্ত্রা সনমৃত্ ওইরবা জগোই মখল অমনি। থোইদোক্না জগোই অসি খা ভারতকী শিব মন্দির খুদিংমক্তসু উবা ফংঙি। মতমগী য়াওল মতুং ইন্না মন্দিরদা পূজা পাঠ তৌবা অসিসু য়াম্না হন্থরকপা অমসুং দেবদাসীশিংনা দেবমুর্ত্তিগী মমাংদা জগোই শাবাসু চংনরকপা খাংলকপা অসিগী মহুত্তা রাজা, মহারাজা (নিংথৌ) শিংনা লৈপাক সাসন তৌদুনা পালকপা মতমদা কোনুং (রাজমহল) দা জগোই শাবনচিংবা তৌনরকপা অসিনা দেবদাসীশিংসু নোংমা নোংমগী ওইনা ময়েং তাথরকপা ওইরকখী অসিগী মহুত্তা দেবদাসীশিংসু ইচম চম্না জগোই শাবী অমা ওইনা সমাজদা চংনরকখী।

অমসুং চাওরাক্না চহি ৬০, ৭০ রোমগী মমাং ফাওবদা দেবদাসীশিংনা মন্দিরদা জগোই শাদুনা 'নটরাজ' শিবজীবু ইরাৎ পূজা থৌগল তৌদুনা গেলহন্না অসিনা

মখোয়গী শুল্লিগী নুংঙায়বা শরুক ওইনা লৌজরম্মী ।

হৌজিক্তি মসি পুম্নমক অসি লোইনা মাংশিনবতুনা 'রঙ্গমঞ্চ' দা চৎনরক্লীবা ভরতকী অতে জগোই মখলগুম্না ভরত নাট্যমসু ওইরক্লে । তানজোরগী 'চিদম্বরম্' মন্দিরদা "ভরতমুনি" না শাখিবা জগোইগী খোংচৎ খোংলন, খুৎলোন (নৃত্ত করন) অঙ্গিহার ১০৮ অসিগী নুংগি ময়েক (শিলা মুর্ত্তি) হুজিক ফাওবসু উবা ফংঙি। খোইদোক্লা ভারত্তা মমিং চৎলিবা "চিদম্বরম" গী নটরাজ মন্দিরনি । খা ভারত্তা চৎনবা উৎসব (Festival) ভাগবত মেলা, নাটকনচিংবগী মনুংদা ভারত নাট্যমগী অংসসু মখল অহুম খোক্লা চৎনৈ মদুদি— "সাধীর নাট্য" কুরাভঞ্জী অমসুং কুচিপুদি অহুম অসিগী মনুংদা "সাদীর নাট্য" হায়বা অংশ অসিদগী দেবদাসী হায়বদি (দেব পূজারিনী) শিংনা লৌখৎতুনা ভরত নাট্যমগী নিংখিরবা রূপ অসি ওইহনখিবনি।

ভরত নাট্যম জগোইগী (উত্তরাধিকারী) ওইহৌবা গুরুশিংবু তামিল লোনদা "নাট্টুবর" অমসুং সংস্কৃত লোনদা "নাট্যচার্য্য" হায়বা উপাধি অসি পিদুনা ইকায় খুম্নবা উৎনৈ । জগোই অসিগী অহান্বা খুৎমাবা গুরুশিংদি "নাট্টুবর" গুরু মীনক্ষি সুন্দরম্ পিল্লাই, গুরু রামচনদ্রন পিল্লাই, গুরু রমাইয়া পিল্লাই, গুরু চোফ্‌লিং গোম্ পিল্লাই, গুরু এলাপ্পা মুদালিয়র, গুরু গনেশ্বর পিল্লাই অসিনচিংবনি । অনৌবা যোগ্গী য়াওন অসিদা ভরত নাট্যম জগোইদা ইহান হান্না ফাওখিবা কলাকারদি শ্রীমতি বালাসরস্বতিনি। ইংশোক ১৯৩৪ দগি "রঙ্গমঞ্চ" দা কুমদুনা কলাবিদ্যা অসি শন্দোকপদা মহাক্কী অচৌবা থৌদাং ওইখিরম্মী ।

মায়লাপুরগী কালানিধী অমসুং আইডেয়ারগী শ্রীমতি রুক্মীনি দেবীসু অহান্বা যোগ্কী মশক নাইবী অফাওবী ভরত নাট্যম জগোইগী কলাকারনি । দেবদাসীশিংগী মফমদগী মমল য়াম্লবা কলাবিদ্যা অসি মখোয়না লৌহৌদুনা ভারতীয় সংস্কৃতি জগৎতা শন্দোকপদা অচৌবা থৌদাং য়াখিবা কলাকারঙাক্তনি । ভরত নাট্যম জগোইগী মরু ওইবা মখল (অংশ) দি মঙাতনি মদুদি— ১। অলরিপ্পু ২। যতিশ্বরম ৩। শব্দম্ ৪। বর্ন্নম ৫। তিল্লানা অসিনচিংবনি । তৌইগুম্বসুং মতুংগী খোংলৈদা শকনাইরবা নাট্যাচার্য্যশিংনা পদম অমসুং অভিনয়ম, হায়বা জগোই মখল অনি অমসু শেমদুনা হাপলি । অদুনা হৌজিক শুপ্পা ভরত নাট্যম জগোইগী মখল তরেৎনি।

**জগোই মখল তরেৎ অসিগী শক্তম তাকপা ঃ**

অলরিপ্পু জগোই অসি মিংথোন অহুম থোক্লা অমুক খায়রি মদুদি— তামিল লোনদা অলরিপ্পু, তেলেগু লোনদা অলরিম্পু অমসুং সংস্কৃতি লোনদা অলংকার হায়না কৌই ।



'মোহিনী অট্টম' জগোই
*মিস. ভারতী শিবাজী*

১। অলরিপ্পুগী অর্থ ঃ

ঈশ্বরবু খুরুম্না (প্রার্থনা) হায়বনি, জগোই শাবা মতমদা ইহান হায়বদা ভূমি দেবী (পৃথি ইমা ইবেম্মা) গী মবুক মথোক্তা খোং অনি লেপ্তুনা ভূমী দেবীবু খুরুমগনি, মতুংদা গুরুবু খুরুমগনি, মতুংদা অমুক জগোই শাগদৌরিবা (কলাকার) অদুনা মহাক্কী অঙ্গভঙ্গী হায়বদি কোক্, মিত্তুম, মীৎ, গুক্শম, লেংজুম অমসুং খোংচৎ, খোংলোন্ থোইদোক্লা হাকচাংগী কয়াৎ পুম্না অসিগী অভিকাভিনয়না ভাব ফোংদোক্তুনা ঈশ্বরবু ইরাৎ পূজা তৌদুনা খুরুম্বগী ভাবতা শাবা জগোইনি। অলরিপ্পু জগোইদা খোংচৎ, খোংলোন্ (পদকরন) য়াম্না য়াওদে তাল্না "চতুরশ্র জাতি রূপক্ তাল" হায়না তাল অদুগা জগোই অসি শায়।

২। যতি স্বরমগী অর্থ ঃ

যতি (মৃদঙ্গম্) পুংলোন অমসুং স্বরম্ ঈশেগী সারগম, মথক্তা শাবা জগোই মখলনি, জগোই অসি শাবা মতমদা অতোপ অতোপ্পা খোংচৎ, খোংলোন্ অমসুং হকচাংগী (অঙ্গভঙ্গী) শাথেক, শাওন কয়াগ লোইননা সারগম ঈশেগী মথক্তা শাবা জগোইনি। জগোই অসি "চতুরশ্রজাতি ত্রিপুত তাল" হায়বা তাল অদুগা জগোই অসি শায়।

৩। শব্দম অমসুং ৪। বর্ন্নমগী অর্থ ঃ

জগোই মখল অনি অসিদি (মৃদঙ্গম) পুংলোন, সারগম অমসুং সংস্কৃত, তামিল, তেলেগু লোনশিংদা ঈশে শক্তুনা খোংচৎ, খোংলোনগা হকচাংগী অভিকাভিনয়গা লোয়ননা শাবা জগোই মখল অমনি য়েংবদা য়াম্না ফজবা জগোইনি। অমসুং 'বর্ন্নম' হায়বা জগোই অসি য়াম্না চাওই।

৫। তিল্লানাগী অর্থ ঃ

জগোই মখল অসি ভরত নাট্যমগী জগোই মখল তরেৎকী মনুংদা থোইদোক হেন্দাকপা অমসুং য়াম্না ফজবা জগোই মখল অমনি। জগোই অসিদা কর্ণাটক সঙ্গীততা চৎনবা 'তারানা' হায়বা ঈশে অদুগা তামিল, তেলেগু অমসুং সংস্কৃত লোনদা রাগ্ রাগিনী মওং মওংগী সুর ছন্দ পান্দুনা শক্তুনা শাবা জগোই মখলনি। জগোই অসিদা খোংচৎ, খোংলোন (পদ্করণ) অমসুং হকচাংগী অভিকাভিনয়সু য়াম্ন য়াম্মী, জগোই শাবা মতমদা য়াম্না থুবা (দ্রুত্) লয়দা জগোই অসি শায়। জগোই অসি "চতুরশ্রজাতি আট্টা তাল" হায়বা তাল অদুগা জগোই অসি শাগনি।

৬। পদমগী অর্থ ঃ

জগোই অসিসু তামিল,তেলেগুগী ঈশে অমসুং সংস্কৃত শ্লোক "মৃদঙ্গম্"

পুংলোননচিংবগী মথক্তা শাবা জগোইনি ।

৭। অভিনয়মগী অর্থ ঃ

অতোপ অতোপ্পা তমিল, তেলেগু নত্রগা সংস্কৃত প্রোকতা সুর ছন্দ পান্দুনা ঈশৈ শকুনা ভাব ফোংদোকুনা হায়বদি উৎকে হায়না নিংথিবা পোৎশক অদু হকচাংগী অভিনয়না ফোংদোকুনা শাবা জগোই মখল অমনি ।

## ভরত নাট্যম্ জগোইদা চৎনবা তাল্ অমসুং জাতিগী মশক তাকপা

ভরত নাট্যম জগোইদা তাল মখল কয়ামুক লৈ অসিগী মনুংদা মরু ওইবা তাল্ মখল তরেৎ অমসুং জাতি মখল মঙা লৈ ।

**জাতি মখল মঙা ঃ**

১। চতুরশ্র জাতি ২। ত্র্যশ্র জাতি ৩। খন্ড জাতি ৪। মিশ্র জাতি অমসুং ৫। সঙ্কির্ণ জাতি অসিনি ।

জাতি মঙা অসিগী বর্ণ মাত্রা মখাদা খুদম ওইনা উৎলি—

| | জাতি | বর্ণ | মাত্রা |
|---|---|---|---|
| ১। | চতুরশ্র | ব্রাহ্মন | ৪ IIII |
| ২। | ত্রশ্র | ক্ষত্রিয় | ৩ III |
| ৩। | খণ্ড | শুদ্র | ৫ IIIII |
| ৪। | মিশ্র | বৈশ্য | ৭ IIIIIII |
| ৫। | সঙ্কিন | চণ্ডাল | ৯ IIIIIIIII |

মথক্তা উৎলিবা জাতি মখল মঙাগী মওং অসুম্না তাল মখল তরেৎকীসু মখাদা খুদম ওইনা উৎলি । তাল হায়বা ৱাহৈ অসি তামিল লোনদা "তালম্" হায়না খঙৈ ।

১। এক তালম্ - লঘু অমা (খুদম) চিহ্ন 'I' = মাত্রা না ৪ নি ।

২। চাপ্পকতালম্ - লঘু অমা, অনুদ্রুতম্ অমা (খুদম) 'I' 'U' মাত্রানা ৫ নি।

৩। রূপকতালম্ - লঘু অমা, দ্রুতম্ অমা, (খুদম) 'I' 'O' মাত্রানা ৬ নি ।

৪। ঝাঁপ্তালম্ - লঘু অমা, দ্রুতম্ অমা, অনুদ্রুতম্ অমা, (খুদম) 'I' 'O' 'U' মাত্রানা ৭ নি ।

৫। ত্রিপুত তালম্ - লঘু অমা, দ্রুতম্ অনি (খুদম) 'I' 'O' 'O' মাত্রা না ৮ নি।

৬। অট্টতালম্ - লঘু অনি, দ্রুতম্ অনি (খুদম) 'I' 'I' 'O' 'O' মাত্রা না ১২ নি।

৭। মঠ্য তালম্ - লঘু অহুম, দ্রুতম্ অনি (খুদম) 'I' 'I' 'I' 'O' 'O' মাত্রা না ১৬ নি।

মথক্তা পনখ্রিবা লঘু, দ্রুতম্, অনুদ্রুতম্গী মশক অকপা

লঘু অমগী চিহ্ন (খুদম) 'I' মাত্রা ৪ নি।

দ্রুতম্ অমগী চিহ্ন (খুদম) 'O' মাত্রা ২ নি।

অনুদ্রুতম্ অমগী চিহ্ন (খুদম) 'U' মাত্রা ১ নি।

তাল অমসুং জাতিগী তিন্‌শিন্না

মথক্তা উৎখ্রিবা তাল্ মখল তরেৎ অসিদা জাতি মখল মঙা অসিনা তিনশিনলগা ওইরকপা তাল মখল তরেৎকী শক্তম মখাদা উৎলি।

(১) একতালম্ = লঘু চিহ্ন 'I' অমগী তালনি। জাতি মঙা অসিদা একতালম্গী লঘু অমা অসি তিন্‌শিনলগা ওইরকপা তালগী খুদম–

১। ত্র্যশ্র জাতি একতালম্ - লঘু মাত্রা ৩ পুম্বা মাত্রা - ৩ নি।

২। চতুরশ্র জাতি একতালম্ লঘু মাত্রা ৪ পুম্বা মাত্রা - ৪ নি।

৩। খণ্ডজাতি একতালম্ - লঘু মাত্রা ৫ পুম্বা মাত্রা - ৫ নি।

৪। মিশ্র জাতি একতালম্ - লঘু মাত্রা ৭ পুম্বা মাত্রা - ৭ নি।

৫। সংকির্ন জাতি একতালম্ - লঘু মাত্রা ৯ পুম্বা মাত্রা - ৯ নি।

(২) চম্পক্ তালম্ = লঘু অমা, অনুদ্রুতম্ অমা, চিহ্ন 'I' 'U' অনিগী তালনি। জাতি মঙা অসিদা চম্পক্ তালগী লঘু অমা অনুদ্রুতম্ অমা অসি তিন্‌শিনলগা ওইরকপা তালগী খুদম–

১। ত্র্যশ্রজাতি চম্পক তালম্ - লঘু মাত্রা ৩ অনুদ্রুতম্ মাত্রা ১ পুম্বা মাত্রা - ৪ নি।

২। চতুরশ্র জাতি চম্পকতালম্ - লঘু মাত্রা ৪ অনুদ্রুতম্ মাত্রা ১ পুম্বা মাত্রা - ৫ নি।

৩। খণ্ডজাতি চম্পক্ তালম্ - লঘু মাত্রা ৫ অনুদ্রুতম্ মাত্রা ১ পুম্বা মাত্রা - ৬ নি।

৪। মিশ্রজাতি চম্পক্ তালম্-লঘু মত্রা ৭ অনুদ্রুতম মাত্রা ১ পুম্বা মাত্রা-৮ নি।

৫। সঙ্কির্ণ জাতি চম্পক্ তালম্ - লঘু মাত্রা ৯ অনুদ্রুতম মাত্রা ১ পুম্বা মাত্রা - ১০ নি।

(৩) রূপক্ তালম্ = 'রূপক্ তালম্' লঘু অমা দ্রুতম্ অমা চিহ্ন 'I' 'O'

অনিগী তালনি। জাতি মঙা অসিদা রূপম্ অলম্গী লঘু অমা দ্রুতম্ অমা অসি তিনশিনলগা ওইরকপা তালগী খুদম—

১। ত্র্যশ্রজাতি রূপম্ তালম্ - লঘু মাত্রা ৩ দ্রুতম মাত্রা ২ পুম্বা মাত্রা-৫ নি।

২। চতুরশ্রজাতি রূপক তালম্ - লঘু মাত্রা ৪ দ্রুতম্ মাত্রা ২ পুম্বা মাত্রা-৬ নি।

৩। খণ্ডজাতি রূপক লাতম্ - লঘু মাত্রা ৫ দ্রুতম্ মাত্রা ২ পুম্বা মাত্রা-৭ নি।

৪। মিশ্রজাতি রূপক তালম্ - লঘু মাত্রা ৭ দ্রুতম্ মাত্রা ২ পুম্বা মাত্রা-৯ নি।

৫। সঙ্কির্ণ জাতি রূপক তালম্ - লঘু মাত্রা ৯ দ্রুতম্ মাত্রা ২ পুম্বা মাত্রা-১১ নি।

(৪) **ঝাঁপ তালম্** = ঝাঁপ তালম্, লঘু অমা, দ্রুতম্ অমা অনুদ্রুতম অমা, চিহ্ন 'I' 'O' 'U' অহুম অসিগী তালনি। জাতি মঙা অসিদা ঝাঁপ তালম্গী লঘু অমা, দ্রুতম্ অমা, অনুদ্রুতম্ অমা, অসিনা তিনশিনলগা ওইরকপা তালগী খুদম—

১। ত্র্যশ্র জাতি ঝাঁপ তালম্ - লঘু মাত্রা ৩ দ্রুতম্ মাত্রা ২ অনুদ্রুতম্ মাত্রা ১ পুম্বা মাত্রা - ৬ নি।

২। চতুরশ্রজাতি ঝাঁপ্তালম্ - লঘু মাত্রা ৪ দ্রুতম্ মাত্রা ২ অনুদ্রুতম মাত্রা ১ পুম্বা মাত্রা - ৭ নি।

৩। খণ্ডজাতি ঝাঁপতালম্ - লঘু মাত্রা ৫ দ্রুতম্ মাত্রা ২ অনুদুতম্ মাত্রা ১ পুম্বা মাত্রা - ৮ নি।

৪। মিশ্রজাতি ঝাঁপ তালম্ - লঘু মাত্রা ৭ দ্রুতম্ মাত্রা ২ অনুদ্রুতম্ মাত্রা ১ পুম্বা মাত্রা - ১০ নি।

৫। সঙ্কির্ণ জাতি ঝাঁপতালম্ - লঘু মাত্রা ৯ দ্রুতম মাত্রা ২ অনুদ্রুতম মাত্রা ১ পুম্বা মাত্রা - ১২ নি।

(৫) **ত্রিপুট তালম্** = ত্রিপুট তালম্ লঘু অমা দ্রুতম অনি, চিহ্ন 'I' 'O' 'O' অহুম অসিগী তালনি। জাতি মঙা অসিদা ত্রিপুট তালগী লঘু অমা দ্রুতম্ অনি অসিনা তিনশিলগা ওইরকপা তালগী খুদম—

১। ত্র্যশ্রজাতি ত্রিপুট তালম্ - লঘু মাত্রা ৩ দ্রুতম অনি মাত্রা ৪ পুম্বা মাত্রা - ৭ নি।

২। চতুরশ্রজাতি ত্রিপুট তালম্ - লঘু মাত্রা ৪ দ্রুতম অনি মাত্রা ৪ পুম্বা মাত্রা ৮ নি।

৩। খণ্ডজাতি ত্রিপুট তালম্ - লঘু মাত্রা ৫ দ্রুতম্ অনি মাত্রা ৪ পুম্বা মাত্রা ৯ নি।

৪। মিশ্রজাতি ত্রিপুট তালম্ - লঘু মাত্রা ৭ দ্রুতম্ অনি মাত্রা ৪ পুম্বা মাত্রা ১১ নি।

৫। সঙ্কির্ণ জাতি ত্রিপুট তালম্ - লঘু মাত্রা ৯ দ্রুতম্ অনি মাত্রা ৪ পুম্বা মাত্রা ১৩ নি।

**(৬) আট্টা তালম্ = 'আট্টা তালম্' লঘু অনি দ্রুতম্ অনি চিহ্নু 'I' 'I' 'O' 'O' মরি অসিগী তালনি। জাতি মঙা অসিদা আট্টাতালম্গী লঘু অনি দ্রুতম্ অনি অসিনা তিনশিনগাওইরকপা তালগী খুদম—**

১। ত্র্যশ্র জাতি আট্টা তালম্ - লঘু অনি মাত্রা ৬ দ্রুতম্ অনি মাত্রা ৪ পুম্বা মাত্রা ১০ নি।

২। চতুরশ্র জাতি আট্টাতালম্ - লঘু অনি মাত্রা ৮ দ্রুতম্ অনি মাত্রা ৪ পুম্বা মাত্রা ১২ নি।

৩। খণ্ডজাতি আট্টাতালম্ - লঘু অনি মাত্রা ১০ দ্রুতম্ অনি মাত্রা ৪ পুম্বা মাত্রা ১৪ নি।

৪। মিশ্রজাতি আট্টাতালম্ - লঘু অনি মাত্রা১৪ দ্রুতম্ অনি মাত্রা ৪ পুম্বা মাত্রা ১৮ নি।

৫। সঙ্কির্ণ জাতি আট্টাতালম্ - লঘু অনি মাত্রা ১৮ দ্রুতম্ অনি মাত্রা ৪ পুম্বা মাত্রা ২২ নি।

**(৭) মধ্য তালম্ = 'মঠ্য তালম্' লঘু অহুম, দ্রুতম্, অনি চিহ্নু 'I' 'I' 'I' 'O' 'O' মঙা অসিগী তালনি। জাতি মঙা অসিদা 'মধ্য তালম্' লঘু অহুম, দ্রুমম অনি অসিনা তিনশিল্লগা ওইরকপা তালগী খুদম—**

১। ত্র্যশ্রজাতি মধ্যতালম্ - লঘু অহুমগী মাত্রা ৯ দ্রুতম্ অনিগী মাত্রা ৪ পুম্বা মাত্রা ১৩ নি।

২। চতুরশ্রজাতি মধ্যতালম্ - লঘু অহুমগী মাত্রা ১২ দ্রুতম্ অনিগী মাত্রা ৪ পুম্বা মাত্রা ১৬ নি।

৩। খণ্ডজাতি মধ্যতালম্ - লঘু অহুম্গী মাত্রা ১৫ দ্রুমম অনিগী মাত্রা ৪ পুম্বা মাত্রা ১৯ নি।

৪। মিশ্রজাতি মধ্যতালম্ - লঘু অহুম্গী মাত্রা ২১ দ্রুতম্ অনিগী মাত্রা ৪ পুম্বা মাত্রা ২৫ নি।

৫। সঙ্কির্ণজাতি মধ্যতালম্ - লঘু অহুমগী মাত্রা ২৭ দ্রুতম্ অনিগী মাত্রা ৪ পুম্বা মাত্রা ৩১ নি।

মথক্তা উৎলিবা জাতি মথল মঙা অমসুং তাল মথল তরেৎ অসিনা তিনাশিল্লগা ওইরিবা 'অলম্' মথল তরেৎ অসিদা ভরত নাট্যম হায়রিবা জগোই অসি শাগনি।

## "খুৎনামগী খুৎলোন্" (অসংযুক্ত হস্ত মুদ্রা)

ভরত নাট্যম জগোই শাবদা শিজিন্নরিবা অসংযুক্ত নাট্য শাস্ত্রনা হায়রিবা খুৎলোন্ ২৪ গী মমিং মখাদা উৎলি ।

১। পতাকা ২। ত্রিপতাকা ৩। অর্দ্ধ পতাকা ৪। কর্তরীমুখঃ ৫। ময়ূরাক্ষ্য ৬। অর্দ্ধচন্দ্রশ্চ ৭। অরাল ৮। শুকতু ন্ডকঃ ৯। মুষ্টিশ্চ ১০। শিখরাক্ষশ্চ ১১। কপিত্থ ১২। কটাকামুখঃ ১৩। মৃগশীর্ষ ১৪। সিংহমুখঃ ১৫। লাঙ্গুলাশ্চ ১৬। চতুরাঃ ১৭। অলপদ্মকহঃ ১৮। ভ্রমরাশ্চৈব ১৯। হংস্যাস্য ২০। হংসপক্ষঃ ২১। সমদ্বোংসঃ ২২। মুকুল শ্চৈব ২৩। তাম্রচূড়ঃ ২৪। ত্রিশূলকাঃ অষ্টাবিংশতি হস্তা নামেবম্ নামহিনং বৈক্রমাৎ অসুম্বা নাট্য শাস্ত্রদা হায়রি ।

মথক্তা হায়রিবা অসুম্বা "খুৎ অনিগী খুৎলোন্" (সংযুক্ত হস্ত মুদ্রা) ১৩গী মমিংসু মখাদা উৎলি ।

১। অঞ্জলিঃ ২। কপোত্ ৩। কর্কট ৪। স্বস্তিক ৫। ডোলা ৬। পুষ্পপুট ৭। উত্সুগ ৮। শিবলিং ৯। গরুড় ১০। মকর ১১। নিবধ ১২। কটাবর্দ্ধন ১৩। অবহিৎ অসুম্বা মথল ১৩ অসিসু নাট্য শাস্ত্রদা হায়রি ।

# অলরিপ্পু জগোই

## 'শ্লোক' নটরাজ (সিবজী) স্তুতি

জয় গঙ্গাধর হরশিব জয়গৌরী।
নারায়ন ত্বং মাম্ পলয় নিটাম্।
কৃপয়া জগদীশ·ওঁং ওঁং ওঁং
হর হর মহাদেব ॥

## 'তারানা' ঈশে

থিম্ তানা দিরানা তানা দিরানা তনা দিরানা
    তনুম্ ত দিরানা ॥
থিম্তা থিম্তা তানা থিম্ তানা দিরানা
    তানা দিরা দিরা তানা তানুম্ ত দিরানা ॥

তারানা ঈশে অসি "চতুরশ্রজাতি ত্রিপুট" তাল মাত্রা ৮ দা স্বরলিপিদা অমুক ইথোকপা

(1) 0 0
থিম্ তানা দিরা না। তানা দিরা। না তানা
দিরা না – তানা। তানুম্ তা। দিরা না } অনিরক হায়বা

* * *

(1) 0 0
থিম্তা থিম্ তা তানা। থিম্ তানা। দিরা না
তানা দিরা দিরা তানা। তানুম্ ত। দিরা না } অনিরক হায়বা

মকোক্তা অমুক হৃঞ্জিনগনি— থিম্ তানা দিরা না.....

## সভা বন্দনা

**'শ্লোক'**

সভা কল্পতরু ভাতি বেদ শাখা উপজিবিত।
শাস্ত্রা পুষ্পা সভা যুক্তম বিদ্যান ভ্রমরপোশোভিতম্ ॥

“অলরিপ্পু”—খা ভারতকী (মৃদঙ্গম্) পুংলোনদা তাল মাত্রা খাইনা ইথোকপা।

“চতুরশ্রজাতি রুপক্ তলম”

লঘু অমা দ্রুতম্ অমা

খুদম (চিহ্ন) 'I' 'O' –IIII + II – মাত্রা ৬ নি।

| + | | ২ | | | ০ | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| তা | s | তা | ধিম | । | ধিন | না |
| তাম | s | ধিতাকা | ধিম | । | ধিন | না |
| তা | s | তা | ধিম | । | ধিন | না |
| তালা | ঙ্গু | তাকা | ধাধি | । | গিনা | তোম্ |

| + | | ২ | | | ০ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তা | s | থৈ | s | । | থৈ | s | } মরিরক হায়গনি |
| তাৎ | s | তাম | s | । | কিতা | তাকা | |

‘অহানবা শরুক’

| + | | ২ | | | ০ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তাম | s | s | s | । | ধিৎ | s | } অনিরক হায়গনি |
| তাম | s | s | s | । | কিতা | তাকা | |
| থৈ | s | s | s | । | তাৎ | s | |
| থৈ | s | s | s | । | কিতা | তাকা | |

| + | | ২ | | | ০ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তাম | s | s | ধিৎ | । | তাম | s | } নিপাল্লক হায়গনি |
| থৈ | s | s | তাৎ | । | থৈ | s | |

| + | | ২ | | | ০ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তাম | s | ধি | তাম | । | থৈ | s | } মরিরক হায়গনি |
| তা | থৈ | তাম | s | । | ধি | তাম | |
| থৈ | s | তা | থৈ | । | তাম | s | |
| ধি | তাম | থৈ | s | । | তা | থৈ | |

## 'অনিতুবা শরুক'

| + | | ২ | | | ০ | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| তাম | s | s | s | । | ধিং | s |
| তাম | s | s | s | । | কিতা | তাকা |
| থৈ | s | s | s | । | তাং | s |
| থৈ | s | s | s | । | কিতা | তাকা |

অনিরক হায়গনি

## "অহুমতুবা শরুক"

| + | | ২ | | | ০ | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| তাম | s | ধি | তাম | । | থৈ | s |
| তা | থৈ | তাম | s | । | ধি | তাম |
| থৈ | s | তা | থৈ | । | তাম | s |
| ধি | তাম | থৈ | s | । | তা | থৈ |
| + | | ২ | | | ০ | |
| তাত | s | থৈ | s | । | তা | s |
| হা | s | ধিং | s | । | থৈ | s |
| তা | s | হা | s | । | তাত | s |
| থৈ | s | তা | s | । | হা | s |
| ধিং | s | থৈ | s | । | তা | s |
| হা | s | তাত | | । | থৈ | s |
| তা | s | হা | | । | ধিং | s |
| থৈ | s | অ | | । | হা | s |

| + | | ২ | | | ০ | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| তাত | s | থৈ | s | । | তাম | s |
| s | s | ধিং | s | । | থৈ | s |
| তাম | s | s | s | । | তাত | s |
| থৈ | s | তাম | s | । | s | s |
| ধিং | s | থৈ | s | । | তাম | s |

| + | | ২ | | | ০ | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| s | s | তাত | s | । | থৈ | s |

তাম ঽ ঽ ঽ । ধিং ঽ
থৈ ঽ তাম ঽ । ঽ ঽ
তাত ঽ থৈ ঽ । তাম ঽ
ঽ ঽ ধিং ঽ । থৈ ৎ
তাম ঽ ঽ ঽ । ঽ ঽ

\+ ২ ০
দিরিকিতি তোম দিরিকিতি তোম । ঽ ঽ } অহমলক হায়গনি
দিরিকিতি তোম দিরিকিতি তোম । দিরিকিতি তোম } অহমলক হায়গনি
থৈ দিরি কিতা তোম । থৈ থৈ
দিরি কিতা তোম থৈ । থৈ থৈ
দিরি কিতা তোম ঽ । ঽ ঽ
থৈ থৈ দিরিকিতা তোম । থৈ ঽ } অহমলক হায়গনি
\+ ২ ০
ধিগি তাকা ধিগি তাকা । ধিগি তাকা } অহমলক হায়গনি
তালা ঙু তাকা তাধি । গিনা তোম } অহমলক হায়গনি
\+ ২ ০
তা ঽ থৈ — । থৈ —
তাত ঽ তাম — । কিতা তাকা

তাত ঽ ঽ ঽ । ধিং ঽ
তাম ঽ ঽ ঽ । কিতা তাকা
থৈ ঽ ঽ ঽ । তাত ঽ
থৈ ঽ ঽ ঽ । কিতা তাকা
} অনিরক হায়গনি

\+ ২ ০
তা ঽ তা কি । তা তা
কি তা তা কা । তা কি
তা তা কি তা । তা ঽ
তা কি তা তা । কি তা
তা কা তা কি । তা তা
কি তা তা ঽ । তা কি
তা তা কি তা । তা কা
তা কি তা তা । কি তা

| + | | ২ | | | ০ | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| তাক | ঽ | খিম্ | ঽ | । | গি | ঽ |
| না | ঽ | তোং | ঽ | । | ঽ | ঽ |
| থৈ | ঽ | তাক | ঽ | । | খিন্ | ঽ |
| গি | ঽ | না | ঽ | । | তোং | ঽ |
| ঽ | ঽ | তা | কা | । | তাক | ঽ |
| খিম্ | ঽ | গি | ঽ | । | না | ঽ |
| তোং | ঽ | ঽ | ঽ | । | ঽ | ঽ |
| তাধি | ধি | না | তা | । | তাধি | ধি |
| না | তা | তাধি | ধি | । | না | তা |

| + | | ২ | | | ০ | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| তাম | ঽ | ঽ | ঽ | । | খিং | ঽ |
| তাম্ | ঽ | ঽ | ঽ | । | কিতঅ | অকা |
| থৈ | ঽ | ঽ | ঽ | । | তাত | ঽ |
| থৈ | ঽ | ঽ | ঽ | । | কিতা | তাকা |

## 'শ্লোক'

হর শিব মৃদঙ্গ খিন কত মৃদঙ্গ নাদ যতে
গৌরী পতি সুলপানি ঈশান্ ভূপতি
ঈশান্ তাল প্রিয় ॥

| + | | ২ | | | ০ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তাত | তারি | কিতা | তাকা | । | খিং | তারি | } অহমলক হায়গনি |
| কিতা | তাকা | ধি | না | । | তারি | কিতা | |
| তাকা | তারি | কিতা | তাকা | । | ধা | ঽ | |

| + | | ২ | | | ০ | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| তাকি | তা | তা | ধি | । | ধি | না |
| তা | ঽ | তাকি | তা | । | তা | ধি |
| ধি | না | তা | ঽ | । | তাকি | তা |
| তা | ধি | ধি | না | । | তা | ঽ |
| তাম্ | ঽ | ঽ | ঽ | । | খিং | ঽ |
| তাম | ঽ | ঽ | ঽ | । | ঽ | ঽ |

# মণিপুরী পুং ঈশৈ জগোই হৌরকপা

পুং ঈশৈ জগোই হায়বা কলাবিদ্যা অসি মণিপুর সনা লৈপাক্তা মৈহৌরোন্দগী হৌনা য়াওরক্লবনী। লৈশেমৈঙেদগী লৈরক্লবা কলাবিদ্যা অসিগী মরমদা পণ্ডিত রাজ ৺অতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যারত্ন গোভেম্বনা শিরোমনিনা ইবিরম্লা "মণিপুরী ইতি বৃত্ত" হায়বা লাইরিক অদুদা মপুং ফানা "পুয়া" নচিংবা পন্দুনা ইবিরম্মী। মতম মতমগী য়াওন মতুং ইন্না মওং মতৌ খরা খরদি হোংনরবসু মণিপুরী জাতিগী সুর ছন্দদি ইহোং হোংদবাগুম্না লৈরি। খুদম ওইনা পল্লবদি নট সংকীর্ত্তনদা হৌজিক হৌজিক মক 'এ' 'আ' হায়না লাউনরিবসি মণিপুরী জাতিগী সুর অশেংবনি।

মণিপুরী জাতি অসিগী অহাম্বা লাইনিং লাইশোনদি 'অতিয়া গুরু শিদবা' হায়না লাইবু ইরাং পূজা তৌনরম্মী মতুংগী খোংলৈদা শিব পার্ব্বত্তীগী লাংওনদগী নোংপোক নিংথৌ অমসুং পাল্লোইবী হায়না লাইনিং লাইশোন্নরকখি। মণিপুরী জাতিদি লাইশিং অমসুং গুরুশিংবু হৌরকঙেদগী মপুক্লিংদা য়াম্না থাজবা অমা ওইনা লোয়নরকই মশা মশাদা ভক্তি ভাব রস য়াওরকই। মরম অসিদগী ভারতকী জাতি পুম্নমক্তা মণিপুরী জাতিবু বৈষ্ণবনি হায়না শক খংনরি। মৈতেগী 'পুয়া' দা মণিপুরী জগোই হায়বদি—লাই হরাওবদা লাই শাগৎপ, লাই লৌখৎপনচিংবগী মরমদা ময়েক লানা ইদুনা লৈ। শকাব্দ ৭৬ শুবদা খোয়তোম্পোকী হাক্তক্তা পুং তিংবগী ব্রারম পুয়াদা ময়েক লানা ইদুনা লৈ। কুপ্না নৈনরুবদা মণিপুরীশিংনা পুং ঈশৈ জগোই হরাও কুম্মৈদা মৈহৌরোন্দগী পুক্লিং লুপ্লকপগী ব্রারম য়াম্না মরিক চুম্না উবা ফংই। কলা অসি মণিপুরীনা থদোকপা ঙমদবগী খুদমসু পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওগী মনুংদা উবা ফংই। বোম তোপনা য়াওন্নরবা চাবা-থকপা, তুম্বা-হিপ্না খঙত্রবা শিবা-চংবা লক্লিদা লৈরবা লাল্লক্ অদুদা পুং ঈশৈ জগোইগি লেপ্পা মলৈবিদ্রে।

পুং ঈশৈ জগোইনা অসুম চৎথরকপনা শকাব্দ ১০৪৪ দা ঔগ্রি-হঙেল থোরকলে। মতম অসিব্রাইদগী নোংচুপ মায়কৈগী ইরাং নোংপোক মায়কৈদাচঙশিল্লা হৌরক্লে। মৈত্রবাক্কী ব্রাংমদা নোংচুপ মায়কৈগী মীনা রাধা-কৃষ্ণ নিংই। শকাব্দ ১১৬৪ দা মৈতে ধর্ম্ম মরক্তা রাধা-কৃষ্ণ নিঙবগী ঈরাং খজিক চংলক্লে। মতম অসিমক্তদদি থোইনা মকা ফোংলমদে। হৌজিক সন্ন্যাসর (ফিরোই) দা ছত্র কংলিবা অসি মতম অদুব্রাইদগীনি মতম অদুদদি ছত্র কংপবু উক্রোং হোঙবা কৌনরমই। শকাব্দ ১৩৭৬ শুবদা মণিপুর সনা লৈপাক্তা ক্যাম্বা মহারাজনা লৈঙাক্লুনা পানঙৈ

মতমদা বিষ্ণু লাংপা হৌদোকই। মতম অসিদা মণিপুরী পুং ঈশে জগোইগী থাক হেন্না য়াংখৎলে। পেরে, পেনা, বাঁশী, মোইবুং খোংবা, থোরক্রে, ঝাল্ য়েবা, শেন্ য়েবা, পুঙ য়েবা, যন্ত্র কয়া কয়া মপুং ফারে। শ্রীবিষ্ণুদা সংকীর্ত্তন কৎলে। সংকীর্ত্তন অসিমক অরিবম্ শাগেগী ব্রাহ্মনশিংনা হৌদোকখি। শ্রীবিষ্ণু আরতিদা পুঙ ঝাল্ য়েববু সংকীর্ত্তন কৌখি। সংকীর্ত্তন শক শন্না অসিমক কীর্ত্তনীয়া হায়নাসু খঙনৈ। কীর্ত্তনদা মরু ওইনা ব্রাহ্মনগা লাইরিক য়েংবম্গা থৌবু ওইরকই অদুগীদমক নিংথৌগী কীর্ত্তনদা ক্রমেল হৌবদা ব্রাহ্মন অমগা লাইরিক য়েংবম অমগা চৎনবী ওইনা হৌজিক ফাওবা য়াওরি।

শকাব্দ ১৪০৬ দা নামোই খুরাই ওনবনা চৈথোবা কুম ফালগুন পূর্ণিমাদা নবদ্বীপ্তা মহাপুরুষ শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু অবতার তৌই। মতম অসিমতুদা মণিপুরদা শ্রীবিষ্ণু পূজা তৌবা হৌই। রামকৃষ্ণ গোবিন্দ হায়না খোল্লোক তরেং অসিনা ছন্দ পান্দুনা পুঙ ঝাল্ লোয়ননা শৈশক্পা হৌই। ঝাল্ য়েববু পুখম্ মচেং খিংবা হায়না খংনৈ। মাগী মখোল্লা "ঝা ঝা" লাউবদগী ঝাল্ থোনখি। মতম অসিদা মণিপুর লৈপাক্তা পুঙ. ঈশে জগোই হেন্না চাউখৎলক্রে।

খোয় তোম্পক্কী হাক্তক্তা তিংবা পুঙ অদু খুদুপ তরা নিথোই শাংই। থায়নগী লিরবা পুঙজাওগী মওং অদু হৌজিক ফাওবা অন্দ্রোদা উবা ফংই। মতম মতমগী য়াওন মতুং ইন্না চাওখৎলকই। হরাওবা, অপেম্বা, নুংভাইবা, তোঙান তোঙাম্বা পুঙ-ঈশে, জগোইদা লুপ্পরকই। পুঙগী পুঙলোন, ঈশেগী শৈহেক, জগোইগী শাথেক, শাওন পুন্নমক্তা নৈনরকই। থাং হায়বগী ফজবা লৈত্রেং, তাগী খৌশারোম্নচিংবা পুথোরক্লরই। অনৌ অনৌবা ফজবা থিবদা মহৌশা লাইরেম্বীগী ফজরবা খুৎশেমদা পুক্রিং চংনরকই। উদগী, নাশীদগী হৈরাং লৈরাং কয়াদগী খুৎথেক্, খুৎলোন্ কয়া কয়া লৌনরকই। উচেক-বায়া কয়াদগী খোল্লোক্ কয়া কয়া শেম্নরকই।

শোক ১৬৩১ দা গরীবনিবাজনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লী। শোক ১৬৫১ দা ঈশে শকপা লিংখৎলে, কোয়েৎ য়েংপা হৌদোক্রে। লাংবনগী থা নোংমা পাম্বা যুমশকৈশা নুমিৎতা রাজগুরু গা লোয়ননা লিলোংগী ঈরোংদা ঈরুপই, নোঙুন থাংবা হৌই মতম অসিদা রামান্দী ধর্ম্ম শন্দোরক্রে। শোক ১৬৫৯ দা মী ৩০০ নোংগুন থাংই। শোক ১৬৬৬ শুবদা শান্তিদাস গোশায় নোংগাখি। শোক ১৬৬৮ দা জগোই শান্নখি। শোক ১৬৭৪ দা ভরত শাইনা অমুক লৈঙাক্লুনা মণিপুরগী নিংথৌ ওই। মতম অসিদা নাম সঙ্কীর্ত্তন শ্রাদ্ধ কর্ম্ম শোম্বা হৌদোক্রে। শোক ১৭০০ দা জগনাথ লাংলি। শোক ১৭৭৬ শুবদা শ্রীশ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌই।

শোক ১৭৭৯ শুবদা অভিষেক্ নুমিৎতা মহারাস কৎলী। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা পুঙ থোল্লি, ওঝা প্রেমানন্দনা পুঙ থৌগল তৌই। মতোন ইবুঙো ভৈত্রাম্ শাইনা ঈশে হল্লি, শ্রীধর শাইনা দুহাড় চৎলি। মসিদগী হৌদুনা মহারাজগী সনা পালাবু সংকীর্ত্তনদা নট পালা হায়না মিংথোনখি হান্না লৈরম্বা সংকীর্ত্তনবু বঙ্গদেশগী মীনা লিংখৎলম্মী হায়দুনা বংদেশ পালা থোনখি। মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র, ওঝা প্রেমানন্দ, ওঝা রসানন্দ, ওঝা রসিকানন্দ, ওঝা সরূপানন্দ অসিনাচিংবা মতম অদুগী ওঝা গুরুনি।

## অরিবা বংদেশ পালা হৌরকফম

থিরেপ লাইচুং পুয়াদা অরিবা পালাবু অরিবা পালা কৌই হান্না লৈজরবা মণিপুরীগী সঙ্কীর্ত্তন অসি ওঝা হিজবা তাংখোম্বা ওঝা অথাম খেমা, ওঝা কৌম্বৌজাম্বা লাংলেনহম্বা, ওঝা রাধানচিংবনা মওং অমদা শেমদোকখি শান্তিদাস গোশায়না রামান্দি ধর্ম্ম হৌদোকপা শন্দোকপগা লোয়ননা সঙ্কীর্ত্তন অসিবু শেমদোকখিবনি। ওঝাশিং অসিবু কীর্ত্তনিয়া ওঝা হায়রগা খঙনৈ। কিয়াম্বা মহারাজগী হাত্তকতগী বিষ্ণুগী আরতি কৎপা সঙ্কীর্ত্তন হায়বসি ওঝাশিং অসিনা হৌদোকখিবনি। মরম অসিদগী ওঝাশিং অসিবু কীর্ত্তনিয়া ওঝা কৌনখিবনি। নোংচুপ মাইকে বঙ্গদেশ লমদগী চেল্লকপা ব্রাহ্মনশিংগা ওঝাশিং অসিগসু তিন্নখিরম্মী।

শান্তিদাস গোশায়গী হাত্তক্তা হান্নবা লৈরম্বা ঈশে ময়েক অয়াম্বা 'রাম রাম' হায়বা রাহেনা শিজিন্নখি। মণিপুরী মাইবীগী লাই তোংবগী সুরনা রাগ রাগীনি ওইদুনা 'রাম রাম' হায়বা ছন্দ অসি গুসি ফাওবা লৈরি। মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী লাইনিং লাইশোন মপুং ফারে। মতম অসিদা পালা সম্প্রদায়সু অনি থোকলে। পালা অমনা অরিবা 'বংদেশ পালা' হায়না কৌনম্রে। পালা অমনা 'নট পালা' হায়না মীয়াম্না খংনরিবা অসিনি। চংনবি মওং অমদা পালা অনি অসি ফিজেৎ লৈতেং তোঙাল্লরকই। সঙ্কীর্ত্তনগী মতমদা কোকয়েৎতি য়েৎলে, অদুম ওইনমক থোইদোক্লা মওং মরিন নাইরমদে। মতম অদুদা পালা য়াওবশিংনা কোকয়েৎ য়েৎলিবদু মরু ওইনা সঙ্কীর্ত্তনগীদমক য়েত্তবা য়াদদুনা য়েৎপা নত্তে। পুঙ ঈশে তৌবশিংবু রাখল অমরোমদা পুনরম্মী। মরম অদুনা অমম্বদা মিশক মিশা খণ্ডবা মতমদা কোক্-লূ শোকখিগদ্রা কিমন্দুনাপুঙ ঈশে তৌবশিংনা লৈজ লৈজবা ফি মতা চাবনা কোক্তা য়েৎখিবনি। মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা হলি দল লৈরে। য়াওশঙগী মতমদা ধূর্ত্তুবর্ণন তৌদুনা খুলক্তা য়ুমথোঙ খুদিংদা

লৈকায় খুদিংদা নাকা থেংদুনা হয়াও তয়রিনে। মসিগী লৈওং লৈদাবি তোঙাল্লি। অরিবা বঙ্গদেশ পালা অনৌবা নট পালা অনি অসি ফিরেপ্তা য়ায়দে। মচা ইবেম্মা বিম্বাবতীনা ম্না হাক্তক্ অসিদা পালা অমা লিংথি। রাসগী গোপী মখেনা পালা ওইখি। পালা অসিগী মমিং রোসেশ্বরী পালা হায়না মমিং থোনখি।

হরি ভক্তিগী লম্বেল য়াম্না পাক চাউরকলে। পুঙ, করতাল্, ঝাল্, রামতাল, মোইবুং, কাংশি, শরিক, মাজং, বাঁশী পুম্নমক অসি মমিং থোন্নে। ঝালগী সঙ্কীর্তন, রামতালগী সঙ্কীর্তন অরিবা পালাগী করতাল, অনৌবা পালাগী করতাল অরিবা পুঙ, অনৌবা পুঙ হায়না সুর ছন্দগী কাইদা য়েংলা য়েংলদুনা শেমদোক্লে। রাগ রাগীনি মওং নাইরে। মতৌ অসুম্না মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদদি পুঙ, ঈশে, জগোই, কলাবিদ্যা অসি খম থেংনা চাউখৎলে।

গম্ভীরসিংহ মহারাজগী হাক্তক্তা ময়াঙ লৈপাক কাছাড়য়োমদগী শকনাইবা ওঝা গুরুশিং কয়াসু য়াওরক্লে। ঝাল্ পালাবু নাম পালা, ধব পালা হায়না খঙনরে, ঝাল পালানা নাম তাকা শকপসু হৌদোক্লে। শোক ১৭৫৬ দা নরসিংহ মহারাজনা অমুক লৈঙাক্লুনা পাল্লে। মতম অসিদা শোক ১৭৬৭ শুবদা জলকেলী পালা হৌদোকই। গম্ভীরসিংহ মহারাজগী কীর্তনদা গৌরক্রমেল য়েদুনা কীর্তন তৌবা হৌদোকই। ক্রমেল অসিনা নরসিংহ শাগেগী ওইখি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদা হৌদেক্লপ্পা অদুনা মহাক্রমেল কৌদুনা কার্ত্তা শাগেগী ওইনা লৈখি। মারজীৎ মহারাজগী মতমদা কোনুংদা শ্রীগোবিন্দ লৈতে। মতম অদুদা ক্রমেল অমা কংখি। গোবিন্দ লৈতবা মতমদা কংলুবদগী ক্রমেল অসি খুল্লকী ওইখি।

নরসিংহ মহারাজগী মতমদা ফৈজোম নামৈ লৈবা হেদোকই খুদুপ নিপাল শাংবা ফৈজোম শেংনরম্মী। নামৈ লৈবা মতমদা খুদুপ নিপাল অসিনা ওক্তে। মরম অসিদগী ফৈজোং অদুদা ফৈজোম মতেক খরগামুক শমজিন্নখি। অসুম্না ফি অশাংবা থাল ওইনা ফংদ্রিঙেদা ফৈজোম খোংদাই শেংনরকপনা ফি থাল্ থাল্ ফংলা ফাওবদা ফৈজোম খোংদোই শেংপা তোক্লরমদে। মান্নবনা ফজবী অমসুং চংনবী ওইদুনা থাল্ ওইনা ফিবুম্ লৈকরগা ময়াইদা শেগাইদুনা খোংদাই তাইদুনা ফৈজোম ওইনা শেংনখিবদগী পালা য়াওবা ঙাক নত্তনা মীপুম খুদিংমকসু পালাগী মতৌ তমদুনা ফৈজোম খোংদাই শেংনরম্মী। মৈহৌরোন্দগী হৌনা খ্বায়েৎ ফিনা অনি থাদরকই। নামৈ লৈবা চংনরকপদগী খ্বাংয়েৎ মনা অমা লোংশিনখ্রে। খ্বাংয়েৎ ফিনা অমা লোংপা নামৈ লৈবগী মরমদি শ্রীগৌরাঙ্গগী (ত্রিকচ্চ) ফিজেৎ ফিনা অহুম গুপ্পা মতোন নামৈগী ফিদোন খ্বাংয়েৎকী ফিদোন অহুম অসি শেমখিবনি।

চন্দ্রকীর্ত্তী মহারাজ নাহাক্তক্তা দেবী ধুমেল পুথোকই। হান্নদা চাওখৎলম্বা পুঙ,

ঈশৈ মা হাক্তদা থাক য়াম্না হেন্না ঋাংনা চাওখৎখি। শোক ১৭৯৬ ইংগী থাগী সংক্রান্তিদা খুবাক ঈশৈ হৌতেক্কই। শোক ১৮০০ দা পানা মরি চৌখট্টি রস শরুহনখি। হৌজিক পালানা য়েংলিবা কোকয়েং অসিদি মহারাজগী মবাই ইবুংঙো নোংথোম্বনা শগোল কাঙজে শান্নবদা য়েংলকপা কোকয়েং অদু ফজমনখিদুনা মতৌ অম্বিখিবনি। হন্নি দল চাওখৎলে, লীলা মওং মওং উৎলে। গৌরচন্দ গোস্বামী, ব্রহ্মানন্দ গোস্বামী, ক্ষেত্রমোহন গোস্বামী, গদাধর গোস্বামী, ওজা মরি অসিনা চৈতন্য সম্প্রদায় খোম হৌদোকখি। মহম্মদ খাঁ আলি খাঁনা কলাবাটি হৌদোকখি। মাইবম কৈফা, টীংঙাখম মেরী, মমাক ইবুংঙো থুমজাওপুরেন অসিনচিংবা ওজাশিংনা হন্নি পালাবু খম খেংনা ফজহনখি। স্নাথ্যা চন্দ্রহাস, শগোলশেম তোম্বা, ঠাকুর রেবতী, তোলচৌ শর্ম্মা, ঠাকুর কান্নাই, ওঝাশিং পুন্নমক অসি তিন্নদুনা শ্রীল শ্রীযুক্ত স্যার চূড়াচাঁন্দ মহারাজ স্নাহাক্তা ফাউবদা পুঙ, ঈশৈ, জগোই থাক হেন্না ঋাংনা চাওখৎখি।

# নট পালা অমসুং দোহার চোলোম

মণিপুরী সংকীর্ত্তন সংসারদা চৎনরিবা নট চলোম অসি বারতকী অতোপ্পা সম্প্রদায়গী সংকীর্ত্তন সমাজদা চৎনবা অমসুং উবা ফংদে হায়বসি হায়মম্বা ওইরেহি। অসিগুম্বা মণিপুরীগী নট পালা চলোম অসিবু মপানগী কলা সংসারনা সংকীর্ত্তনদা জগোই শাবা পালা হায়না খংনরি। অমসুং নট পালা চলোম (জগোই) দা চলোমগী অঙ্গিকাভিনয় মখল অহুম লৈ,, মদুদি– রাজমেল্ চলোম, তান্চপা চলোম, মেনকুপ চলোম (জগোই) অসিনচিংবা অসিনি।

মণিপুরীগী ওঝা গুরুশিংগী বাঁহেদা চলোম অঙ্গিকাভিনয়গী মরু ওইবা শাথেক্ শাওনদি ফীভম হায়বা অসিনি। নট পালা চলোম (জগোই) শাবা মতমদা ফীভম তাদ্রিবা মী অদুদি মহাক্না তৌরবা শারুবা চোঙুবা মরম খুদিংমক্তা ফজবা হায়বা পোৎশক অদু ওইহন্বা ঙমদে। অসিগুম্বা নট চলোম অসিগী মনুংদা মখল কয়ামুক লৈরি, রাজমেল চলোম অচুম্বা অমা, রাজমেন চলোম অঁরেবী অমা অনি থোক্লা চৎলি। অসি নত্তবা মেনভাঙ্গা চলোম, মেনভূষনা চলোম, মেনগোই চলোম, বাঙ্গা চারিতাল চলোম অসিনচিংবসু মখল কয়া লৈখ্রি। মণিপুরী বৈষ্ণব ধর্ম্মগী সংকীর্ত্তন জগৎতা নট চলোম (জগোই) গী অভিনয় অসিবু ইহান হাম্বা ওইনা মণিপুর স্না লৈপাক্তা পুথোকশিরম্বা ওঝারেনদি ওঝা হাওরোক্চম ৺শামুসিংহ অমসুং ওঝা সরোখাইবম ৺শেংগুম্বা সিংহ ওঝা অনি অসিগী মিং পম্বা য়াই। ওঝা হাওরোক্চম ৺শামুসিংহনা রাজমেন চলোম অঁরেবী অমসুং ওঝা সরোখাইবম ৺শেংগুম্বা সিংহনা রাজমেন চলোম অচুম্বা পুথোকখিবনি।

নট চলোম অভিনয় অসিগী মনুংদা অমুক (গতি) শাজং শানম্ কয়ামুকসু লৈখ্রি। অসিগুম্বা খোংচৎ, শাজং, শানম্ কয়া অসি নটকী মনুংদা মেন চলোম তানচপ চলোম মেনকুপ চলোম, দত্তা ঐখোয়না উবা ফংজে। খুদম– মেনকুপ চলোমদা শামুগী শাজং, ঙানু কাংঙাগী শাজং, লিনগী শাজং, য়ুমলৈমানা লিক্লা কাম্বগী শাজং, য়াং, লিরুং শানা থুপ্লগা ইরুপ্পা ওইবগী শাওং অমসুং ইরুপ্পদগী ফাওগৎলকপগী শক্তম, ঈশিংদা তিম্ফানা ইরোয়বগী শাওং, খম্নাংচাক্ উচেক্লা চৈম্বগী শাজং শানম অসিনচিংবা (গতি) শাজং ময়াম অসি মেনকুপ চলোমগী মনুংদা লৈবা ঙক্তানি।

রাজমেন চলোম অমসুং মেনকুপ চলোমনা থুজনলক্রবা মতমদা "উমাইবী উচেক্লা" মসা খম্নগুম্মা খুনীং পাম্বোম অনিগী শানোম চলোম অভিনয়দা উবা ফংঙি। অসিগুম্বা চলোম অসি অভিনয়গী শক্তম অসি ভারতকী অঁতে অতোপ্পা জগোই মখলশিংদা উবা ফংদে।

# খেল 'তানুম' (ঈশে)

**তাল-মেলমতেক মাত্রা-৭**

১। তানুম দেরে না...

দৃম্ তা দৃম তা দৃম তা না না না

স রি গ মপ ধ নিগ স রি গম.....

বীনা শব্দ বাজে ঐ.....

বীনা শব্দ বাজে ও ও ঐ তানুম...

২। অললি অললি ললিলা - লিলা

দৃম তা গতি তানুম....

আতানুম তানা দেরেনা.... তানা

দেরেনা তানা দেরে না

ওতোই দারে দারে দারে দারে

দেদারে দেদারে তা...নুম্

৩। তাথিল্লা থিটিতা তকৃটি থৈ থৈ দৃগ—তা

তাতা থৈ তাত থৈ তগ্রুগ্রু তগ্রুগ্রু } *অনিরক হায়বা*

মমরি শব্দ বাজে ঐ, মমরি শব্দ বাজে ও ও ঐ

তানুম.......

৪। থিক্রাং তা না না না দোম্ভ নাদেরে

না তা নাদেরে না তা নাদেরে না

ওতোই দারে দারে দারে দারে

দেদারে দেদারে তা....নুম

## শ্লোক্ (আলোম্বা)

৫। সপ্ত স্বর তীন গ্রাম ছয রাগ ছয়ত্রীস রাগিনী মিলি গায় ব্রজ রমনী ॥

বয়াস অলাপ স্তুর তাল উনপঞ্চার

একুইশ মুরুস গম প ব্রজ রমনী ॥

**তানচপ্ মত্রা - ৮**

৬। মল্লার কর্ণতা না তকেদা

কামুদ ভৈরবি দেশ গগন্না ॥
বসন্ত মলর রাম কেলি সু গুঞ্জরি
· গৌরি গন্ধারিনী তুরি অম্বাবরি ॥
বীনাবলী মর হৃতা মঙ্গল গুঞ্জরি ॥
দেশ বরারি সু উপথা মঞ্জুরি ॥
মাধবী কৌশিক পলি, ললিতা সিন্ধুর ॥
এতই রাগিনী গান করে মনুহরি ॥
থাকিতী তাক ধুম তিকী তাক থৈ
থৈয়া তা তাথৈয়া ॥
উঘটা ঘটা ঘটা থো দৃগ দৃগ দৃগ থেন ॥
উঘতট থুঙ্গ থুঙ্গ কত থৈ থৈ নাচত,
মধুর গাওত বহ্‌ ভাতি ॥
ধাতিকী তাক ধুম কিতী....
— চালি-তানচপ মাত্রা-৮ —
রাই করে ধরি পকর পকর
জুরি তানি তানি অঙ্গ ভঙ্গী অরে......
রাই....... ॥

## তানুম (পুংলোন)

**তাল মেল মতেক মাত্রা-৭**

**তাহ্না অনি মাত্রা ৪+৩=৭**

তানুম হায়বা তাল অসি নর্ত্তরাসদগী ওঝাশিংময়াম্ন তিন্নদুনা শেম্মিখিবনী—
১। ঈশৈ তানুম (ঝারি)গী পুংলোন্‌

| + | | | | | ২ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তাঘিন | তাগ্র | গ্রগ্র | — | । | গ্রগ্র | গ্রগ্র | গ্রগ্র |
| গ্রগ্র | গ্রগ্র | গ্রগ্র | গ্রগ্র | । | তাগ্রা | তেগ্রা | থেন |
| | ঘিনগ্র | ঘিন | থেন | । | গ্রাতু | — | — |

**ঈশৈ দৃমতা গী পুংলোন**

| + | | | | | ২ | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধন | ধন্তা | ঘিন্তা | — | । | থেন | তা | তা | } মরিরক হায়বা |
| ধন | ধন্তা | ঘিন্তা | — | । | থেন | তা | তা | |
| ধদ | থেন | তাঘিন | — | । | তা | ঘিন | থেন | |

১। অনুম (ঝারি) গী পুংলোন অমুক হঙ্গিনগনি।

২। ঈশে — অলন্নী গী পুংলোন

| + | | | | | ০ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তং | তেন | তা | — | । | তং | তেন | তা |
| তং | তেন | তং | — | । | — | তেন | তা |
| খুত | — | তং | — | । | তাঘি | তং | — |
| — | ঘিন | তাং | — | । | — | — | — |
| তা | তা | থেন | — | । | — | তা | তা |
| তেনা | তেনা | তাং | — | । | — | তা | তা |

| + | | | | | ২ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তেনা | তেনা | তাং | — | । | — | তা | তা |
| তেনা | তেনা | তাং | — | । | | | |

## ঈশে ওতোইগী পংলোন

| | | | | | ২ | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | | | | । | তাঘিন | তাঘিন |

| + | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তা | ঘিন | তা | — | । | ঘিং | তা | তাং |
| তা | ঘিন | তা | — | । | ঘিং | তা | থ্রথ্র |
| তাঘিন | থেন | থ্র | থ্র | । | তাঘিন | থেন | থ্রথ্র |
| তাঘিন | ঘনা | ঘিনা | ঘিন | । | তাঘিন | — | — |

৩। ঈশে - তাঘিন্নাগী পুংলোন

| + | | | | | ২ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তং | ঘিন | তাং | — | । | ঘিং | তং | তাং |
| তং | থ্রথ্র | তং | — | । | থেন | — | থেত্তা |
| ঘিন | তা | — | — | । | — | তাং | — |

| + | | | | | ২ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তা | তা | থেই | — | । | তা | তা | থেই |
| তা | ঘিনা | ঘিনা | থেত্তা | । | তা | ঘিনাঘিনা | থেত্তা |

} অনিরক হায়বা

## ঈশৈ - মমরি গী পুংলোন

| + | | | | | ২ | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধুৎ | ধেন | তা | ঘিন | । | তা | থেন | তাঘিন | } অনিরক হায়বা |
| ধুৎ | ধেন | তা | ঘিন | । | তাক্ | গ্রগ্র | গ্রগ্র | |
| ধুৎ | ধেন | তা | ঘিন | । | তা | ঘিন | থেন | |

১। তানুম (ঝারি) গী পুংলোন অমুক হঞ্জিনগনী

৪। ঈশৈ - খিক্রাংতা গী পুংলোন

| + | | | | | ২ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ঘিন্তা | তাং | তাং | — | । | তাং | তাং | — |
| ধ্রাং | — | তাং | — | । | তাখিং | তাং | — |
| তেনা | তেনা | তাং | — | । | তাং | তাং | |
| তেনা | তেনা | তাং | — | । | তাং | তাং | |
| তেনা | তেনা | তাং | — | । | | | |

## ঈশৈ - ওতোইগী পুংলোন

| | | | | । | ২ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | | | | | তাঘিন | ঝাঘিন | — |
| তা | ঘিন | তা | — | । | খিং | তা | তাং |
| তা | ঘিন | তা | — | । | খিং | তা | থ্রথ্র |
| তাঘিন | থেন | থ্র | থ্র | । | তাঘিন | থেন | থ্রথ্র |
| তাঘিন | ধনা | ঘিনা | ঘিনা | । | তাঘিন | — | — |

৫। সপ্ত স্বর (লোম্বা)

৬। ঈশৈ - 'মল্লাব কর্ণতা' তারগনি
তালদি তানচপ নি।

৭। ঈশৈ - রাই করে ধরি গী পুংলোন
চালি তান্‌চপ্ মাত্রা-৮

| + | | | | | ২ | | | ৩ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধেন | তাঘিন | তাঘিন | ধেন | । | তাঘিন | ধেন | । | ঘিনধেন | | |
| ঘিন | তেন | — | ঘিন | । | তেন | — | । | তা | ঘিন্তা | |

| + | | | | | ২ | | | ৩ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তা | — | তা | তা | । | — | তা | । | খিতা | তা | } অনিরক হায়বা |
| তাখিং | তাখিং | তাতা | খিতা | । | তাখিং | তাতং | । | — | — | |

# 'করতাল চোলোম' গী পুংলোন

ভারতকী প্রধান মন্ত্রী ওইরিবম্ব ৺শ্রীরাজীব গান্ধিগী মপোক নুমিৎকা মরি লৈননা আগষ্টকী তাং ২০ শোক ১৯৯৬ ইং দা সি. পি. সি. দুরদর্শন কেন্দ্র নিউ দিল্লীদা ওঝা সনসম ধনেশ্বরসিংহ, ওঝা মোইরাংথেম নবঘনশ্যাম সিংহ, ওঝা অনি অসিনা পুং অমসুং করতালগা কোন্নন চোলোম অসি নেশনেল প্রোগ্রামদা উৎখিবনি।

## রাগ হৌবগী পুংলোন

১। +　　　　　　+

তাগ্র গ্র গ্র খ্রাং। তাগ্র গ্র গ্র খ্রাং

তা খ্রাং তা খ্রাং। – গ্র গ্রৎ –

তা গ্রগ্র ধেন – । তা খ্রাং খিৎ –

২। অহান্বা চোলোমগী পুংলোন, খুনু (চোলোম) অমসুং লাইরেন মথেক্তা চোলোমগা কোন্নন রঙ্গমঞ্চদা চংঙকপা।

## তাল্ মেনকুপ্ মাত্রা-৬

+　　　　　০

ধিন – তেন। তা ঘিন ধেন (মশিং লৈতে)

ধিন – তেন। তা ঘিনাং –

৩। অনিশুবা চোলোমগী পুংলোন

## তাল - তানচপ্ মাত্রা-৮

+　　　　　　　　০

ধেনা ঘিনা ধেনা ঘিনা। ধেন তা ধেন তা

তা ধেন তা তা । খিৎ তা ধেন তা

ধেন তা তেন তা । – তেন – তা　অহুমলক

তেন এখা তেন তা । – তেন – তা　হুনগনি

তেন এখা তেন তা । – তেন – তা

তেন এখা তেন তা । – তেন – তা

তাতা খিতা তেন তা । তা – – –

| + | | | | | ০ | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| খিতা | তাখিৎ | তাতা | খিতা | । | খিতা | তাখিৎ | তাং | — | অনিবক |
| ঘিন্না | নঘিন | ননা | ঘিন্না | । | ঘিন্না | নাঘিন | নাং | — | হনগনি |

| + | | | | | ০ | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তাত্ | — | — | — | । | তাত্ | — | — | — | অনিবক |
| তাত্ | — | তাত্ | — | । | তাত্ | — | — | — | হনগনি |

| + | | | | | ০ | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ঘিন্ | তাং | — | ঘিন্ | । | তাং | ঘিন্ | — | তাং | অনিরক |
| — | ঘিন্ | — | ঘিন্ | । | গ্র | ঘিন | ঘিন | — | হনগনি |

| + | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| — | ঘিন | — | ঘিন | । | গ্র | ঘিন্ | ঘিন | — | অনিবক হনগনি |
| গ্র | ঘিন | ঘিন | — | । | গ্র | ঘিন | ঘিন | — | |
| গ্র | ঘিন্ | গ্র | ঘিন | । | গ্র | ঘিন | ঘিন | — | |

| + | | | | | ০ | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| [illegible] | তাং | — | ঘিন | । | তাং | ঘিন | তাং | — |
| — | তাং | — | ঘিন | । | গ্র | ঘিন | ঘিন | — |

৪। অহুমশুবা মোলোমগী পুংলোন।

## চালি - তানচপ মাত্রা-৮

| + | | | | | ২ | | | ৩ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধিন্ | ঘিন্ | — | তা | । | তেন্ | — | । | তাক | — | অহুমলক হনগনি |
| ধিন | ঘিন | তা | ধেন্ | । | | গ্রগ্র | । | ধেন্ | তা | |
| তাক্ | — | তেন্ | — | । | তা | — | । | তাক | — | |
| — | তেন | তাত্রা | খিত্রা | । | — | তেন | । | তাজা | খিতা | |
| — | তেন | তাতা | খিতা | । | তাক | — | । | — | — | |
| থেন | তা | গ্র | ঘিন | । | - | গ্রগ্র | । | ধেন | তা | |
| তা | — | খ্রাং | — | । | খিৎ | — | । | — | — | |

## অথাইবা তানচপ মাত্রা-৮

+ ০
ধধেন —ত্রা খিতা ধেন্না । তাখিং তাধেন —তা ধেন } অনিরক
তাত তাতা তাতা খিতা । তাক্ খিনাদ —খি নাদ } হন্‌গনি

৫। মরিশুবা চোলোমগী পুংলোন

## গতি (শাজৎ)

হায়বদি— ১। কাণ্ডা শাজৎ ২। শামু শাজৎ ৩। খন্দ্রাংচাক্ শাজৎ ৪। উরোক শাজৎ ৫। খুনু (চোলোম) ৬। শগোল শাজৎ ৭। লাইরেন মথেক্ ৮। ক্বাক্ মাংজোং ৯। ইশিংদা তীম্ফানা ইরোইবগী শাওং ১০। উমাইবী মশা খম্ম ওইব খুনীং পাম্বোম অনিগী শাথেক্ ১১। ইশিংদা ইরুপ্পদগী ফাওগৎলকপগী শওং অসিনচিংব অঙ্গিকাভিনয়গী মনুং চন্ব গতি ( শাজৎ ) মখল তরামাথোয় অসিবু হকচাংগী শাথেক শানোম অমসুং চোলোমগী অভিনয়গা কোন্ননা মথাগী পুংলোন অসিদা উৎকনি।

## চালি - তানচপ মাত্র-৮

+ ২ ৩
ধেন তেন —তেন । তা ধে । — ধে (মশিং লৈতে)

### — অথাইবা-তানচপ - মাত্রা - ৮

+ ০
ধধেন —তা খিতা ধেন । তাখিং তাধেন —তা ধেন } অনিরক
তাত তাতা তাতা খিতা । তাক্ খিনাদ —খি নাদ } হন্‌গনি
ধে — — — ।

৬। মণ্ডাশুবা চোলোমগী পুংলোন, চালি তানচপ মাত্রা-৮

+ ২ ৩
খিন্ খিন্ — তাত্ । — তাত্ । খিন্ গ্রগ্র
খিন্ খিন্ — তাত্ । — তাত । তা — অরকপাক
— ত্রেন — ত্রেন । — ত্রেন । তা — হন্‌গনি
তাত তেন্ তাত তেন্ । তাত্ তেনা । তাং —

\+ ২
তাত তেন তাত্ত তেন । তাত্ তেনা । তাং } অহুমলক হনগনি

\+ ২ ৩
ধেত্তা ঘিনধেন তাঘিন ধেনা । ঘিনধেন তাঘিন । ধে –
ধেত্তা ঘিনধেন তাঘিন ধেনা । ঘিনধেন তাঘিন । ধে – } অনিরক হনগনি

\+ ২ ৩
ঘিন তাত – থ্রাং । খিৎ তাত । – থ্রাং
খিৎ তাতা তাতা খিতা । তাক্ ঘিনাদ । ঘি নাদ } অনিরক হনগনি

\+
ধে – – – ।

মখাগী পুংলোন অসিদা হকচাংগী থাথেক্ শাওনগা লোয়ননা চোলোম অভিনয় তৌদুনা রঙ্গমঞ্চদগী থোকখিগনি—

\+ ২ ৩
ঘিন তেন – । তা ধে । – ধে

# লাই হরাওবা জগোই

মৈতেঈগী থাইনদগী চৎনরকপ মতুং ইন্না মণিপুরগী অরীবা পুরানদা লাইশিংবু ঈরাৎ পূজা তৌনা মতমদা মাইবা-মাইবী অমদি খুন-লৈকাইগী নুপী-নিপাশিংনা জগোই শাই। অসিগুম্বা জগোইবু ঐখোয়না ইচম চম্ না লাই হরাওবা জগোই হায়না খঙনৈ।

লাই - তাইবং পান্ববু শেম্বা, থৱাই পাম্বা খিবিক্পু শেম্বা, য়োকপিবা অমসুং মাঙহম্বা ঙম্বা, মী নত্তবা মীওইবনা পুক্লিংগী ৱাখলতনা মশক্ মগুণ খঙবা ঙম্বা অদুবু লাই হায়না খঙনৈ ।

লাই কয়াগী মমিং– (১) য়াইবিরেন্ মপু গুরু সিদবা ; (২) অতিংকোক্ গুরু; (৩) সনামহি ; (৪) পাখংবা ; (৫) পুরেরোম্বা ; (৬) ৱাংবুরেন ; (৭) কৌব্রু ; (৮) মার্জিঙ ; (৯) খম্লাঙবা ; (১০) থাংজিং ; (১১) খারিফাবা; (১২) নোংপোক নিংথৌ ; (১৩) ওক্লরেন ; (১৪) শোরারেন্ অসিনচিংবশিং অসি তাইবং পাম্বা অসিদা লৈরম্বা মতীক মগুন চাওবা মৈতেগী অরীবা ৱারীদা য়াওবা লাই ঙাক্তনি। লাইশিং অসিগী মমিংগী মমাঙদা ‘লাইনিংথৌ’ হায়বা মিংথোল অসি পন্নে । অদুগা লাইরেম্বা, লাইরেম্বী কয়ামুকসু লৈরি । মদুদি– য়ুমজাও লাইরেম্বী, পান্থোইবী,কৌজেং লৈমা অসিনচিংবা পম্বা য়াই ।

লাইনিংথৌ অমসুং লাইরেম্মশিং অসি চহি খুদিংগী নত্রগা মরক মরক্তা হরাওদুনা ঈরাৎ পূজা তৌনে । হৌজিক মণিপুরদা চহি খুদিংগী হরাওবা লাইদি মোইরাংগী লাইনিংথৌ থাংজিংনি । থাইনা মোইরাংনা পাল্লিঙেদগী নিংথৌনা থৌবুরেন ওইদুনা কালেন থাগী মতমদা চহি খুদিংগী হরাওখিবদগী হৌজিক ফাওবা চহি খুদিংগী চথরি।

থাইনা মমাংঙেদা মণিপুর সনা লৈবাক্তা লোয়ম্বা মহারাজনা ইংশোক ১০৭৪ দা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মী। নিংথৌ অসিগী সনা হাক্তক্তা (মহিরঙ্গপুর) মোইরাংদা ‘খম্বা-থোইবী’ গী ৱারী অমা থোকখি । মরমদি– থোইবী হায়বসি মোইরাংগী চীংখুবা য়ুবরাজগী অমত্তা পোক্চবী মমোম্নি । চীংখুবা য়ুবরাজনা থোইবী অসি অঙোম্ নোংবান কোংয়াম্বদা পীনিংই । অদুবু ময়াম্বা ইনিংথৌ চীংখুব তেলহেবা মহারাজনদি খম্বাদা পীনিংলম্মী । থোইবীনসু খম্বাবু পামজে । থৌদোক অসিদা চীংখুবা য়ুবরাজনা মমোম লাংলেন্ থোইবীবু মহাক্না হায়বা ইনদে হায়বগীদমক মতম

খরা কবোদা লোই থাই। মতুংদা মপা চীংখুবনা নুংশিরক্লদুনা থোইবীবু লোইদগী কৌখংলি। তৌইগুম্বসুং থোইবীনা লোইদগী কারকপা মতমদা নোংবানগী শগোল তোংদুনা খম্বাগী মযুমদা চেনশিনখি। মতৌ অসুম্না খম্বগা থোইবীগা অপাম নুংশি নুংওন থুংনদুনা পানখি। মখোয় অনিনা থাংজিং হরাওবদা জগোই শাখিবগী ৱারী মৈতৈশিংনা ঙসি ফাওবা নুংশিনা শক-শোন্নরি। অসুম্না হৌজিক্কী মতমতদা নুপী অমগা নিপা অমগা থোক্তুনা খম্বা-থোইবীগী ৱারী মতুং ইন্না 'খম্বা-থোইবী' জগোই শান্নরি।

মতম অসিৱাইদগী হৌনা 'খম্বা-থোইবী' অমসুং 'নুরা নহা' হায়বা কাব্য অনি অসিসু ইবা হৌখি। মতম অদুগী সমাজদা কাব্য কবিতানচিংব ইবা অমসুং চৎনরকপগা লোয়ননা ফীশা লোনশাগী মাইকৈদসু ময়েক থোক্তুনা লোম্বা অসিনচিংবা কলা মখল মথেল কয়াগা লোয়ননা নিংথৌগী লৈঙাকলোন (প্রজা শাসন)গী লাইরিক 'লোইয়ম্বা সিন্‌লুপ' অমসুং 'মৈতৈ পূয়া' (মণিপুরী পুরান) নচিংবসু ইখিরম্মী। মতম অদুগী মশক নাইবা কবি অমনা মতম অদুগী চৎনবি অরিবা লোনগী কবিতা ইদুনা শৈশকখিবগী খুদম ঐখোয়না হৌজিক ফাওভা মীৎনা নাকোংনা তাবা উবা ফংলি। অসিগুম্বা কবিতা অসিবু ভারতীয় সংস্কৃতিগী মনুং চন্না মণিপুরী লোক গীত (Manipuri folk song) হায়না মপানগী সম্নাজনা শকখং মাইখংনরি। খুদম ওইনা মতম অদুগী লোক গীত (কবিতা) খরা চৎনবী লোনদা অর্থগা লোয়ননা মখাদা সমাজগী মীৎয়েংদা থমজরি।

## খম্বা-থোইবী (জগোই) গী ঈশৈ

### (মণিপুরী লোক গীত)

শৈরোল্ (কবিতা) অসি মৈতৈগী মোইরাং কংলৈরোলগী শায়োন তরেৎকী ইকোন কোম্বা শায়োন লিলা শানখিবা খম্বা-থোইবীগী লাংওলদা শকখিবা ঈশৈনি অমসুং ঈশৈ অসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী অহান্বা শরুকসু ওইরিবনি।

### ঈশৈ

(১) ইপুধৌ থাংজিং কোরেল লাই, ঙসিনা কোইরৌ নুমিৎতা, নসুনা জগোই শাজবা, অমুক্তা মিৎয়েং তাবিয়ু, লাল্লবা কান্দা ঙাকপিয়ু, শোইরবা কান্দ কনবিউ, খুবাক চাংজৌ তারানা, ইদু কাইদা লিশিংনা, হন্না হন্না খুরুমজে।

## অর্থ

(কবিতা) শৈরেং অসি মোইরাং নিংথৌগী মযোম শক্লবী চীংখুবা যুবরাজগী অমত্তা পোকচবী লংলেন থোইবীনা পুরেরোম্বা অমসুং ঙাংখ লৈমগী মপারী খম্বগা লোয়ননা ইবুধৌ মোইরাং থাংজিং হরাউবদা লাইমাংদা থোক্তুনা মখোয় অনিনা জগোই শামিন্নখিবা মতম অদুদা শকখিবা ঈশৈনি। শৈরোল মতেক অসিদা নুংগী ওইবা ৱাগল থোইনা লৈতে; চুম্নগী থাংজিং হায়রিবা ঈশ্বর অসিদা খুবাক চাংজৌ তরা লোন্নরগা জগোই যৌগন কাবদা অরান-অশোয় য়াওবা পুম্না ঙাকপিযু হায়না খুরুমজবনি।

(২) হৈরাং খোয়নিদা চানবা হৈনিদা, 'সিবু থোইনা হাওবা হৈদি চিনদাম্বা হৈনিদা।

## অর্থ

হৈরাংখোয় হায়রিবা থোদোক্লা মগুন লৈনা খোয়থুম্না হাওরবা হৈরাং অসিগী মগুনবু থাদুনা তাইবং মীগী চাননবগীদমক লাইনা থাবিরম্বনি, মতীক চায় হায়বনি।

(৩) চেক্লো পাইখ্রবনা, পোম্বী হনজল্লকপদা, তেক্লাগী কাইদোংফম খংদবনা, পোম্বী ককঙাওনরে। শাবী ইনে মচা পামুবী, চীংনুংগী সনা লোকতগী পাইবিরকওনে।

## অর্থ

ঈশে অসি মপান থোংদদি শৃঙ্গার রসকী ৱাংলবা থাক্কী মওং মাল্লি, অদুবু নুংগী ওইবা ৱাখলদি য়াম্না মনুং হুঞ্জিল্লি। তশেংনমক ঈশে মতেক অসিনা ফোংদোক্লিবদি, মীওইবনা থৱাইগা হকচাংগা খাইনরবদা থৱাই য়াওদ্রবা হকচাং দেহে অদু লোইশিনখ্রবদা (সংস্কার তৌখ্রবদা) থৱায় চেক্লোনা অমুক হল্লকপা মতমদা কায়দোংফম লৈরমদ্রবদা থৱায় চেক্লোনা য়াম্না চাক্লা কোইপাই পাইদুনা লৈখিরম্মী; মসি য়াম্না অর্থ লৈবা (কবিতা) শৈওংনি।

(৪) মমাঙ লৈকায় থম্বাল শাংলে, খোইমুনা ইনলে খোইরাবা, শাবি লাও লাও চংসি লাও, কল্লকপা য়াম্মী, কনজাওবা য়াম্মী মাংদা থারো লাও, লন্ছোন্‌বিগী লময়াইদা, মনুনা ৱারে পোথাফম, ইপামগী লমদম য়েংলুবদি পোইরে লমদম তামখরে।

## অর্থ

(কবিতা) শৈরেং অসি মৈতৈগী থাক ৱাংলবা 'ৱাংঙুরোল্' (Philosophy) গী মনুং চন্ব অর্থ কয়া য়াওরিবনি ।

মথোৎ কারক্লিবী অমদি ইনখৎলক্লিবী নুপী মচা অমগী অহোংবা নাইরক্লিবীগী ফিভমদা শৈপাম্দুনা শকপনি । মীওইবগী হকচাং কয়াংকী মতুং ইন্না খাযদোক্লিবা শরুকশি অসিগী মমাং থংবা শরুকপু অহোংবা লাকপগী মতুং ইন্না মপুং ফারে; হায়বদি মমা ওইবা য়াবগী মওং লাকপবু থন্বান্না শাৎলবদা খোইন্নু ইনবগা চাংদম্নরি।

মতাং অসিদা মহৌশাগী (প্রকৃতিগী) খুৎশেম্ মতুং ইন্না মালেম অসিদা নুপী অমগা নুপা অমগা পুন্না য়ুম পান্‌মিন্নবসিনা তাইবংপানগী অন্না-নুংঙাই পুন্বা সংসার ওই । অদুবু নুপী অসিনা তুংগী ৱাখল খন্দুনা সংসার অসিদি কল্লকপা য়েংথিবনাথনবনিনা খুদোং থিবা অপম্বা কয়াদগী ঙাকথোচনবা হোৎননিংই । অদুনা তুংদা লাপ্পা লৈহৌরবা হায়বসিদি মীৎনা নাকোংনা উবা ফংদে । অদুনা মাংদা থান চৎপিয়ু হায়রিবনি ।

(৫) ৱাকোন লো ৱাকোন লো ৱাকোন্না ৱিকাপ্পা ৱাকোন মিন্নোই নোই।

## অর্থ

মসি মৈতৈগী লাই হরাওবগী ৱাকোন লাউবা হায়বা মতাং অদুদা অমাইবনা শকপা শৈশক্লী । মসিসু মৈতৈগী ৱাংঙুরোনগী থাক ৱাংলবা শৈশক অমনি । শৈশক মতেক অসিদা মণিপুরগী চীং অমসুং তমগী ওইবা ফিবমগী মরমদসু খংহল্লি । অদুগা ঐখোয়গী থৱায় মিরোল কোনশিনবগী মতাংদসু মাইবনা মপান্দা কোইপাই পাইদুনা লৈখ্রবা থৱায়বু হকচাংগা পুন্না লৈনবা কৌশিনবদসু শকই ।

(৬) উদা কাবি কক্চেং ও কক্চেং নিংগাংবী, হা নিংথৌ তু কাওবা করম্না কাওবা মকাওনো কুরুক্ কু খোংলেদ ।

## অর্থ

ৱাহৈ খরা অসিদা মহারানী ওইরম্বী শনবেম্বী হায়বী অদুগী থৱায়না ওনখিবা লমখুনু অমনা নিংথৌগী মফমদা প্রমান তৌদুনা হায়বা ৱাহৈশিংনি । ৱাহৈ অসিনা তাক্লিবদি মৈতৈ নিংথৌ অদুগী মনাক্তা মশক লোত্তুনা লৈরিবী ফত্রবী চাইশ্রা কৌবী রাণী, শনবেম্বীগী মনাও পোক্‌মিন্নদবী অসিনা রাণী শাদুনা লৈরিবী অসিদা মথৱাই নুংঙাইতদুনা নিংথৌবু খঙমনদে হায়দুনা প্রমান তৌদুনা হায়বা ৱাহৈনি ।

## ঈশৈ

চীংদা শাংপা, ঈঙৌলে ।
চিন্নদনা কেনখিবা
কল্লকইদা কল্লকই ।
ঐনা কেনগে কেনদেদো
মালংবনা হুম্বগী
কেনবনী হা কেনবনিদা ।
মালং-ব ঐসু কৈদৌদে,
লৈরাং-না লৈখোক লোইবগী
কেনবনি হা কেনবনিদা ।

## অর্থ

ঈশৈ অসিদি মণিপুরী সাহিত্যগী ময়ায় চম্বা যুগতা শকখিবা ঈশৈগী শৈশক্লী। মতাং অসি মৈতৈ নিংথৌ চরাইরোংবাগী মশানৌ নুংথিল চাইবীনা থাঙ্গাল চীংদা মপুন্সি লেনখিবা অসিদা, ইঙৌলৈ কৌবী নিংথিজরবী লৈরাং অসিনা চীংদা শাংখিবনা তাইবং মীওইব কনানা খংবিদনা কেনখিবা অদুগা পাংখক ওইরি হায়দুনা নিঙমদনা শকখিবা শৈশক্লী ।

## খম্বা-থোইবী জগোইগী ঢোলপ্ মরোন

(নং ১)

**মপুং একতাল মাত্রা - ১২**

\+ ২ ০ ৩
ধা -গ্রগ্রা । ধিন না । তা -গ্রগ্রা । ধা ধিন না

**(নম্বর - ২) তেহাই**

\+ ২ ০ ৩
ধা তেরে কেতে । ধা তেরে কেতে । ধা তেরে কেতে । ধা ধা

**মপুং (নং ৩)**

\+ ২ ০ ৩
ধা -গ্রগ্রা । ধা ধিন না । তা -গ্রগ্রা । ধা ধিন না

## (নং ৪) তেহাই

+ ২ ০ ৩

ধা তেরে কেতে । ধা তেরে কেতে । ধা তেরে কেতে । ধা ধা –

## তানচপ মাত্রা-৮

### মপুং (নং ১)

+ ০

ধন তাং – তাং । ধন তাং তাং –

ধন ত্রাক ধন তাং । ধন তাং তাং –

## (নং ২ – অথাইবা)

ধন তাং – তাং । ধন তাং তাং –

ত্রা ঘিন ত্রা ঘিন । ত্রা দিন – –

## মাত্রা-৪

+ ০ + ০ + ০

{তা ত্রাক । ধন তা । তা ত্রাক । ধন তা । তা ত্রাক । ধন তা

+ ০

ধন ধন । ধন – । } *অহুমলক ইন্না*

## দ্রুত লয় মাত্রা-৮

+ ০ ২ ০

ধন ত্রাক তা ত্রাক । তা ত্রাক ধন তাং

+ ০ ২ ০

তা ত্রাক তা ত্রাক । তা ত্রাক ধন তাং

+ ০ ২ ০

তা ত্রাক তা ত্রাক । তা ত্রাক ধন তাং

+ ০ ২ ০

তা ত্রাক তা ত্রাক । ধন ধন ধন

## মপুং (নং-৩)

+ ০
ধন তাং – তাং । ধন তাং তাং
ধন ত্রাক ধন তাং । ধন তাং তাং

## (নং ৪ - অথাইবা)

ধন তাং – তাং । ধন তাং তাং
ত্রা ঘিন ত্রা ঘিন । ত্রা ঘিন – –

## মাত্রা - ৪

+ ০ + ০ + ০
{তা ত্রাক । ধন তা । তা ত্রাক । ধন তা । তা ত্রাক । ধন তা

+ ০
ধন ধন । ধন – । } *অহুমলক হন্বা*

## (ক) দ্রুত লয় মাত্রা-৮

+ ০ ২ ০ + ০
{ধন ত্রাক তা ত্রাক । তা ত্রাক ধন তাং । তা ত্রাক তা ত্রাক ।

২ ০
তা ত্রাক ধন তং । } *অনিরক হন্বা*

+ ০ ২ ০ + ০ ২ ০
ধন ত্রাক তা ত্রাক । তা ত্রাক ধন তাং । তা ত্রাক তা ত্রাক । তা ত্রাক ধন তা

+ ০ ২ ০ + ০ ২ ০
– তাং – তাং । – তাং–তাং । – তাং – তাং । ধন ধন ধন –

## (খ)

+ ০ ২ ০ + ০ ২ ০
{ধন ত্রাক তা ত্রাক । তা ত্রাক ধন তাং । তা ত্রাক তা ত্রাক । তা ত্রাক ধন
তাং} *অনিরক হন্বা*

\+ ০ ২ ০ + ০ ২ ০

ধন ত্রাক তা ত্রাক। তা ত্রাক ধন তাং। তা ত্রাক তা ত্রাক। তা ত্রাক দন তাং

\+ ০ ২ ০ + ০ ২ ০

– তাং – তাং। – তাং – তাং। – তাং – তাং। ধন ধন ধন –

## ( মপুং নং - ৫)

\+ ০

ধন তাং – তাং। ধন তাং তাং –

\+ ০

ধন ত্রাক ধন তাং। ধন তাং তাং –

## (নং ৬ অথাইবা)

\+ ০

ধন তাং – তাং। ধন তাং তাং –

\+ ০

ত্রা ঘিন ত্রা ঘিন। ত্রা ঘিন – –

## (মাত্রা - ৪)

\+ ০ + ০ +

{ধত্তা ঘিন। তাঘিন তা। ধত্তা ঘিন। তাঘিন তা। ধত্তা ঘিন

০ + ০

তাঘিন তা। ধন তাং। তাং –। } অহুমলক হুন্না

## (মপুং নং - ৭)

## মাত্রা ৮

\+ ০

ধন তাং – তাং। ধন তাং তাং –

ধন ত্রাক ধন তাং। ধন তাং তাং –

## মাত্রা - ৪

\+ o + o + o

{ধন্তা ঘিন । তাঘিন তা । ধন্তা ঘিন । তাঘিন তা । ধন্তা ঘিন । তাঘিন তা

\+ o

ধন তাং । তাং – । } অহুমলক হন্না

## (মপুং নং - ৮)

### মাত্রা ৮

\+ o

ধন তাং – তাং । ধন তাং তাং –

\+ o

ধন ত্রাক ধন তাং । ধন তাং তাং –

## অথাবা নং ৯

### মাত্রা ৪

\+ o + o + o

ধন ত্রাখা । ধন তা । ধন ত্রাখা । ধন তা । ধন ত্রাখা । ধন তা

ধন ত্রাখা । ধন তা । ধন ত্রাখা । ধন তা । ধন ত্রাখা । ধন তা

\+ o

ধন ত্রাখা । ধন তা ।

ধন ত্রাখা । ধন তা ।

\+ o + o + o + o

তা তা । – তা । ধন – । তা তা । – তা । ধন – । তা তা । – তা

\+ o

ধন – । – – ।

# থাবল চোংবী

থাবল চোংবী হায়বা অসি মণিপুর সনা লৈপাক্তা মৈদিংঙু লোয়ম্বা মহারাজনা ইংশোক ১০৭৪ দা লৈঙাক্লুনা পাম্ব মতম অসিব্রাইদগী হৌদোকখিবনি হায়না ইতিহাসকার কয়ানা থাজনৈ। লমদা থাগী পূর্ণিমা নুমিৎতা য়াওশং মৈ থারবগী মতুংদা পূর্ণিমাগী থাবলনা শঙ্গোম অনৌবগুম অহিংপুম্ব পুমঙৌ ঙৌনা ঙাহোইরি। বসন্তনা লাকপদা উরী-ব্রারী, লাপী-শিংবী খুদিংমক অনৌবা য়েন্নিং হুন্নকপগা লোয়ননা মহৌশা লাইরেম্বীনা অনৌবা ফীজেৎ লৈতেংদুনা থোরক্লে। খা-দগী অব্রাং পাংনা শিংলকপা নামিবা নুংশিংকী ঈথক্তা নিক্লবা উনা ব্রানাগী খুথেক্তা বসন্তগী ময়াই কারবা লাংবন খোইমু খোন্দানবনা লৈহি থক্লে হায়দুনা খোঞ্জেল থোক্লা চীঙুগী কোলোই মিংলেনবু শক, অমরোমদা মহৌশা লাইরেম্বীনা নৌনা থুংলরিবা বসন্তবু ওক্লুনা কামগী কুম্মে শান্নববু উরগা, মৈতে শাবী-শানৌ পুম্বনা কৌরৌ নোংমদোন ওই, মালেম লৈওউবী (অম্বা) তম্বা লাইরেম্বীগা তিন্নদুনা তাইবং পুম্বগী পোক্লবা মতম কুইনা চীলোক্লনা লীলা শান্নববু পুক্লিং হকচাং অমত্তা ওইনা কুপ্পা য়েংলম্মী। চিব তম্বগী তাইবং পোক্কী লীলা শান্নববু য়েংলিবা মৈতে শাবী-শানৌশিংগী থম্মোই লকানুংদা থুগুনা লৈগ্রবা অপাম নুংশিবু লৈগী তেম্না তেঙ্গাথোং, রতি চান্নবীগা খুজেং পালোইননা মহৌশা লাইরেম্বীগী জগোইদা জগোই সামিন্নখরে।

হায়রিবা কুম্মে অসিদা নিপা নুপী ময়াম মরক খন্ন খন্না লিক লেংবগুমনা চপ মান্ননা খোঙথাং মওং মওংগী ওইনা হোংদুনা চোংবনা য়েংবদা থোইদোক্লা পুক্লিং হুনবগী মশক ওইহল্লি। তৌইগুম্বসুং থাবল চোংবীদা শক্লিবা ঈশৈ অসি মতমগী খোংচৎ হোংলকপগা লোয়ননা খর খর হোং-হোংদুনা লাকই। খুদম ওইনা, মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্মগী ঈথিল চংদ্রিঙেদা থাবল চোংবীগী ঈশৈ অসি মৈতেগী ওইবা ব্রাহৈশিংনা নিংথিজনা শক্ল শোন্নরম্মী। অদুবু হিন্দু ধর্ম্মগী ঈথিল চংলক্লবা মতুংদদি হিন্দু লাইশিংগী মমিং মথা হাপচিন্দুনা থাবল চোংবীগী ঈশৈদা পাক্তক্লনা য়ানশিল্লকই। মতৌ অসুম্না চৎনরকপনা হৌজিক্কী মতমদদি মহৌশাগী ঈশৈ হম্বনা শক্লগা ময়াম্না খুন্নম্বদু তোকথোক্লগা বেশু পাটিনা মহুৎ শিন্দুনা থাবল চোংবী চোংনরে।

থাবল চোংবী গী ঈশৈ (মণিপুরী লোক গীত), শৈরেং (কবিতা) অসি মৈতেগী থাবল চোংবা হায়বা জগোই মখল অদুদা শকপা ঈশৈনি। ঈশৈ অসি য়াম্না চম্বগীমওংদা মণিপুর হায়রিবা লমদম অসিগী ফজবা নিংথিবা লম্মী-তুম্মিং খিবিকপু পান্দমদুনা থারগা শকপা ঈশৈনি।

## ঈশৈ

(১) চীংনা কোইনা পনশাবা, হাওনা কোইনা পনঙাকপা, মণিপুর সনা লৈবাকনি; লোক্তাক্তা মিংশেল ওইবা লম, শ্রীগোবিন্দ ঙানথোই লম, লাইয়াম খিবিক লৈতা লম, হরি হে হে নরায়ন, হরি হে হে নরায়ন, হরি হে হে নরায়ন।

## অর্থ

মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসি চীংনা ইকোই কোয়না পনথিংবগুম্না লৈ অগুগা চীংমী ইচিন-ইনাওশিংনা চীংথক্তা পনঙাকপগী মওংগুম্না খুন্দাদুনা লৈ, তম্পাক্কী লমদমদনা শ্রীগোবিন্দনা কোনবিদুনা ইবুঙো মহাক্কী মতীক মগুণ মঙান্না শন্দোক্তুনা লৈ, মৈতৈ লৈবাক্কী মনুংদা লোক্তাক হায়বা য়াম্না পাক চাওরবা নিংথিরবা পাৎ অসিদা মিংশেল খাম্বগুম্না লৈ, তশেংনমক মৈতৈ লৈরাক মণিপুর অসি লাইয়াম খিবিক্কী লৈতাফম (খুন্দাফম) ওইদুনা লাইয়াম পুম্নমক্না কোয়দুনা লৈ হায়বনি।

(২) মণিপুর সনা লৈবাক্কী সনানা ময়ুং কাবা লম, লুপানা মফেল ওইবা লম, চীংঙু লাইগী শায়ন লম, অশংবা ফীজন থোল্লিবী, খতু তরুক্তা থৌগনবী, খোয়ুম য়াঁবা মতুং ইন্না, ইরম লাইজ ইহৌনা, খুয়া থম্বাল শেৎলিবী, মৈতৈ পোইরৈ লমদমনি, হরি হে হে নরায়ন, হরি হে হে নরায়ন, হরি হে হে নরায়ন, হরিবলা হে হরি, হরিবলা হে হরি, হরিবলা হে হরি।

## অর্থ

মণিপুর হায়বা লমদম অসি সনানা ময়ুং কারগা লুপানা মফেল ফেন্দুনা শাবগুম্না নিংথিজনা ফজনা লৈ, মতম পুম্নমক্তা নাপী-শিংবী উনা-ব্রানানচিংবা কয়ানা মফম খুদিংমক্ত ইশংদা শংদুনা লৈ ; মসিবু অশংবা ফীজোন্না লৈতেংবগুম লৌরি। অদুগা অহোঙবা নাইবা খতু তরুকসু শুনা লৈ। লৈবাক অসিদা মোইরাং কংলৈরোনগী লাইগী ওইবা শায়োন তরেংমক তশেংনা থোকখি হায়বনি।

(৩) পন্থৌগী শুমাং মথৌবুং, বৃন্দা দেবী য়াইদা চন, শাবীগী খুৎতা শানৌনা পাই, শানৌগী খুৎতা শাবীনা পাই, লিক লেংবগুম লেংদুনা, লৈ লেংবগুম লেংদুনা, হরিগী কোলোয় শক্তুনা, হরাওবা মথোই কাবদি, নুঙাইবা মপুঙ ফাবদি, খুঞ্জাওনবা চোংবনি, লৈচাওনবা চোংবনি, হরিগী মীংলেন শকসিকো, হরি হে হে নরায়ন, হরি হে হে নরায়ন, হরি হে হে নরায়ন।

## অর্থ

থায়না মমাংঙৈদদি হৌজিক্কী মতমগুম্না লম্পাক্তা অমসুং লৌবুক কুম্না মফমদা থাবল চোংনরমদে। শুমাংদা, তুলসিবুংদা কোয়দুনা বৃন্দা দেবীবু ময়ায়দা থম্লগা

চোংনরব্মী। মৈতৈগী থাবল চোংবা হায়বা অসি নিপা অমগা নুপী অমগা (শাবী-শানৌ) মখুৎকা মখুৎকা পায়দুনা লিক লেংবগুম, লৈ-পরেং লেংবগুম্না য়াম্না ফজনা চোংই। মসিবু হেক য়েংবদদি লিক লেংবগুম, লৈ-পরেং লেংবগুম য়াম্না নিংথিজনা উই। মসিদা শক্তি-শোল্লিবসি লৈবাক খুঙ্গাও লৈচাওনবা ঈশ্বরগী মফমদা খুরুমজদুনা মাগী মিংলেনবু শৈথাদুনা শকচ-শোঞ্জবনি।

(৪) কে ক্রে কে কে, মো মো, য়াক্লেন শম্বা শাও শাও, তোকপগা ফম্বগা, কৈগা য়েনগা, য়েনখোং ফৎতে চাশিল্লু ; লাইগী য়েন-নি চাফদে ; হরি বলা হে হরি, হরিবলা হে হরি, হরিবলা হে হরি।

## অর্থ

মতাং অসিদদি গুরুনা মালেম অসি শেম্বা লোইরগা মচানিপা অহুমগী মনুংদা মচা অতোম্বা পাখংবদা নিংথৌ খুভম শিন্নবগী মতাংদা সনামহিনা শাওদুনা মালেম মাঙহল্লগা মনাওবু হাৎলগে হায়না থৌরাংখি। মতম দুদা লাইনুরা তরেৎনা মখুৎ শম্নদুনা পাখংববু কোয়শিন্দুনা মথরাই কনবিখি। মালেম অসিবুসু মাঙহনখিদে। মতাং অসিদা পাখংববু তোকপা অমদি কৈগী শক্তম লৌজরবসু কাম্বা অমদি য়েনগী শক্তম লৌরিবা পাখংবা অসি লাইগী য়েন-নি চাফদে হায়দুনা হরিগী মিংলেনগা লোয়ননা শৈশক্তুনা কনবিখি।

## থাবলচোংবী জগোইগী পুংলোন

### মপুং মাত্রা ১২

| ০ | | | | + | | | | ০ | | | | ২ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধিন | ধেই | – | । | ধিন | – | তা | । | খিত | তাং | – | । | – | – | তা |

### অথাইবা

| ০ | | | | + | | | | ০ | | | | ২ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধিন | ধেই | – | । | ধিন | – | তা | । | খিত | তাং | – | । | ত্রা | ধিন | – |
| ০ | | | | + | | | | ০ | | | | ২ | | |
| ত্রা | ধিন | – | । | ধিন | – | তা | । | খিত | তাং | – | । | – | – | তা |

### মপুং

| ০ | | | | + | | | | ০ | | | | ২ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধিন | ধেই | – | । | ধিন | – | তা | । | খিত | তাং | – | । | – | – | তা |

# দশ আবতার জগোই

## তাল-ঠুঙ্গরি মাত্রা ৮

"ভক্ত কবি" জয়দেবকী ফাওরবা মহাকাব্য "গীত গোবিন্দ" দা লাইয়ামগী মপু ওইরবা বিষ্ণুনা লাংওন (অবতার) তরা পুথোকখিবগী ৱারী অসি মলেমদা লৈরিবা হিন্দু খুদিংমক্না তাদবা খংদবা লৈত্রবনী। অসিগুম্বা মহাকাব্যগী লাংওন তরা অসিবু ইংশোক ১৯৫৪ দা মতম অদুগী মণিপুর দেন্স কলেজ অমসুং হুজিক্না জে এন. মণিপুর দেন্স একাদেমী হায়না শকখংনরিবা সংস্থান অসিদা রিসার্চ স্কলার অমা ওইনা লৈবিরম্বা ৺পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যারত্ন গভেষনা শিরোমনি, না মুল সংস্কৃত লোনদগী মণিপুরী লোনদা অনুবাদ তৌথোকপিদুনা পুথোপিখি। অমসুং মণিপুর দেন্স কলেজ অসিদা নট চোলোমগী ওঝারেন ওইদুনা লৈবিরম্বা ৺'নট গুরু' চুংখাম থম্বাল অঙৌ সিংহ "ম্না পালা দুহাড়" ওঝা অসিনা ঈশৈগী অর্থপুম্বা অদু চোলোম অমসুং খুৎকী মুদ্রানচিংবদা পানদুনা জগোই ওইনা পাথোকপিদুনা কলেজগী ছাত্র-ছাত্রীদা তম্বিখিরম্মী। অমসুং লেখকনসু ১৯৫৫ ইংদা দেন্স কলেজগী ছাত্র অমা ওইনা লৈজবা মতমদা "নট গুরু" গী মফমদগী দশাবতার জগোই অসি তমজরকখি। মদু লাইরিক অসিদা হাপচদুনা সমাজগী মীৎয়েংদা পুথোকচরি।

## (মীন অবতার)

### তাল -ঠুঙ্গরি মাত্রা ৮

**সংস্কৃত শ্লোক**

(১) প্রলয় পয়ো ধিজলে ধৃতবানিসিবেদ। বিহিত বহিত্র চরিত্রম খেদং কেশব ধৃতমীন শবীর জয় জগদীশ হরে।

## (জগোইগা লোইননা মণিপুরী লোনদা)

প্রলয়গী শান্নবা ইশিংদা বেদবু লৌখৎকে নিংদুনা লৈপাক লৈমাবু শ্রীওইনচিংবদ পুনদুনা ঈরোইবা ঙাগী মশক লৌরিবা হরি কৌবা ইবুঙো নংগী খুয়া খাদা খুরমজে খুরমজে॥

## (কুর্ম্ম অবতার)

**সংস্কৃত শ্লোক**

(২) ক্ষিতিরতি বিপুলতরে তবতিষ্ঠতি পৃষ্ঠে। ধরনি ধারন কিন চক্রগরিষ্ঠে কেশব ধৃত কুর্ম্ম শরীর জয় জগদীশ হরে।

## (জগোইগা লোইননা মণিপুরী লোনদা)

পাক্রবা নংগী নংগনদা মন্দর কৌবা চিংজাওনা লাই চিংচাবনা নৈববু হকচবা হোংপাগুম নুঙাইবা থেঙ্গুগী মশক লৌরিবা হরি কৌবা ইবুঙো নংগী খুয়া খাদা খুরমজে খুরমজে ॥

## (শূকর অবতার)

**সংস্কৃত শ্লোক**

(৩) বসতি দশনশিখরে ধরনী তবলগ্না। শসিনি কলঙ্ককলেব নিমগ্না। কেশব ধৃত সূকররূপ জয় জগদীশ হরে ॥

## (জগোইগা লোইননা মণিপুরী লোনদা)

নঙগী নয়া মতোনদা পুক্তুনা লৈবা মালেম্মা থাজ পূর্ণিমা মাইথোংদা মাহিং পকপগুম নিংথিবা পাতালদা য়াহিপখ্রবা মালেম লৈপাকপু লৌরুবা ওক্তী মশক লৌরিবা হরি কৌবা ইবুঙো নংগী খুয়া খাদা খুরমজে খুরমজে ॥

## (নরহরি অবতার)

**সংস্কৃত শ্লোক**

(৪) তবকর কমলবরে নখ মদ্ভুত শৃঙ্গম। দলিত হিরন্য কৌশিবু তনু ভৃঙ্গম। কেশব ধৃত নরহরি রূপ জয় জগদীশ হরে ॥

## (জগোইগা লোইননা মণিপুরী লোনদা)

নকোকনা নোংশা অহিরিবা নশানা তাইবং মী ওইবা হিরন্য কৌশিকপু হিংচাবা মপূক শেগাইবগী ঈয়াম্না ঙাংলবা নখুজিন থম্নালদা খোইমু ওইনা তোংলিবা নোংশাগী মকোক পাল্লিবা হরি কৌবা ইবুঙো নংগী খুয়া খাদা খুরমজে খুরমজে॥

## (বামন অবতার)

**সংস্কৃত শ্লোক**

(৫) ছলয়সি বিক্রমনে বলিমদ্ভুত বামন। পদনখনীর জনিত জন পাবন। কেশবধৃত বামনরূপ জয় জগদীশ হরে ॥

## (জগোই লোইননা মণিপুরী লোনদা)

বলি হিংচাবা সুমহৎকে লাইগী লৈকম পিবিগে খোংকম অহুমতা পিয়ু হাইহনিল্লরগা মালেম লৈপাক লৈময়োনদা নখোংনা অহান্বা নেৎখিবা বামনগী মশক লৌরিবা হরি কৌবা ইবুঙো নংগী খুয়া খাদা খুরমজে খুরমজে ॥

## (ভৃগুপতি অবতার)

**সংস্কৃত শ্লোক**

(৬) ক্ষত্রিয় রুধিময়ে জগদপগত পাপম। স্নপয়সি পয়সি শমিত ভবতাপম্। কেশবধৃত ভৃগুপতি রূপ জয় জগদীশ হরে ॥

## (জগোইগা লোইননা মণিপুরী লোনদা)

কুরুক্ষেত্র লময়াইদা নখুত্তা শীওজং পাইদুনা ক্ষেত্রীমচা ফত্রবা কুনগা মথোইরক হাৎতুনা ঈগী ঈচেননা মালেমবু শেংবীবা শীওজং পাইব রামগী মশক লৌরিবা হরি কৌবা ইবুঙো নংগী খুয়া খাদা কুরমজে কুরমজে ॥

## (রাম অবতার)

**সংস্কৃত শ্লোক**

(৭) বিতরসি দিক্ষুরনে দিকপতি কমনীয়ম। দশমুখ মৌলিবলিং রমনীয়ম। কেশবধৃত রাম শরীর জয় জগদীশ হরে ॥

## (জগোইগা লোইননা মণিপুরী লোনদা)

ইবেম্মা সীতা নাইরেম্মা লালহৈদবী সত্তিদা লঙজরুবা রাবনবু সনা লঙ্কা মরাল লাই মচা মগু তুম্মা মাংহল্পা শ্রীরামগী মশক লৌরিবা হরি কৌবা ইবুঙো নঙগী খুয়া খাদা খুরমজে খুরমজে ॥

## (হলধর অবতার)

সংস্কৃত শ্লোক

(৮) বহসি বপুসি বিষদে বসনং জলদাভং। হলহতিভীতি মিলিত যমুনা ভং।
কেশবধৃত হলধররূপ জয় জগদীশ হরে।

## (জগোইগা লোইননা মণিপুরী লোনদা)

লাঙ্গোল চৈনা কিবনা চেল্লকলবা যমুনানা খাংদা খাংচেং ফেল্লিবা যদু শাগেবু খোমজিন্না লাঙ্গোল পাইবা রামগী মশক লৌরিবা হরি কৌবা ইবুঙো নংগী খুয়া খাদা খুরমজে খুরমজে ॥

## (বুদ্ধ অবতার)

সংস্কৃত শ্লোক

(৯) নিন্দসি যজ্ঞ বিধেরহহ শ্রুতি জাতং। সদয় হৃদয় দর্শিত পশুঘাতম।
কেশবধৃত বুদ্ধ শরীর জয় জগদীশ হরে ॥

## (জগোইগা লোইননা মণিপুরী লোনদা)

যজ্ঞগী ব্রায়েন্দ লৌদুনা যজ্ঞদা শাহাৎপবু নুংশিবীবা থম্মোয়না বেদগী ব্রায়েন্দ ককথৎপা তাইবং মীপুম তিংনা নিংথিবা লমচৎ তম্বীবা বোধি উখোং ফমদেংবা বুদ্ধগী মশক লৌরিবা হরি কৌবা ইবুঙো নংগী খুয়া খাদা খুরমজে খুরমজে ॥

## (কল্কি অবতার)

সংস্কৃত শ্লোক

(১০) ম্লেচ্ছনি বহনিধনে কলয়সি করবালং। ধূমকেতুমিব কিমপি করা লম।
কেশবধৃত কল্কি শরীর জয় জগদীশ হরে।

## (জগোইগা লোইননা মণিপুরী লোনদা)

লাঙ্গোই শগোন তোংদুনা নখুত্তা থাঙশাং পাইদুনা হিংচা কোৎচা ফত্রবা ম্লেচ্ছ শাগেবু তুমহন্না কল্কিগী মশক লৌরিবা করি কৌবা ইবুঙো নংগী খুয়া খাদা খুরুমজে খুরুমজে।

## শ্লোক

শ্রীজয়দেব কবেরিদমুদিত মুদারম। শৃনুসুখদং শুভাদং ভবসারম।
কেশবধৃত দশবিধরূপ জয় জগদীশ হরে।

# দশবতার জগোইগী পুংলোন

## মপুং তাল-ধুমরি মাত্রা ৮

\+ ০

ধিন তেন – তেন । তা ধে ধিনা ধেন

অথাবা

\+ ০

কাতেন – তা খিতা ধেন । অখিত তাধেন – তা তেন

তাত তাতা তাতা খিতা । তা ধাতেন – তা খিতা

ধেই – – – ।

---

# হাও জগোই
## (নাগা ডেন্স)

**হাও ঃ** মণিপুর রাজ্যগী অকোইবদা লৈবা চিংদা উপজাতি কয়ামুক লৈ। মখোই অদুবু তমদা লৈবা হিন্দু মণিপুরীশিংনা হাও হায়না খংনৈ। থাইনদগী হাওশিংগী অেঙাম্বা সমাজিক চংনবী লাইনিং লাইশোন মওং তোঙান্না লৈরকই। হৌজিক্কী যুগতদি অন্নাংবা থাক্কী শিক্ষা ফংবা য়াম্না য়াওরে। অদুমকপু মখোইগী থাইনগী মনাৎ, ফিজেৎ, চাকচা অয়াম্বা লুনা চান্না মাংখিদনবা হোৎনৈ।

**লুখা থাবা ঃ** মমাংঙেগী মতমদা হাওশিংনা অতোপ্পা জাতি অমদি য়েক্লবশিংগী মকোক ককথৎতুনা লৌরগা ইরাৎ পূজা তৌনরমই। অমসুং হাও অসিবগী কবর মখাদ লুখা থানৈ। মদুবু মণিপুরীশিংনা 'লুখা থাবা' হাইনা কৌদুনা য়াম্না অকিবা অমদি নুংশি হৈতবনি হায়না কিনরমই।

**হাওগী পুকচেল ঃ** হাওশিং অসি য়াম্না লাক্লবা সাথি, শিবা কিদে হায়খিবা হোংগনদে, মরূপ শান্নবদা য়াম্না ফৈ। য়েক্লবা ওইরগা য়াম্না তমথি। হাওশিংগী মরক্তা অথোইবা জাতিদি নাগা অমসুং কুকীনি। নাগাগী মনুংদা অমুক সম্প্রদায় কয়ামুক লৈ। মদুগী মনুংদগী তাংখুল, কবুই, মরিং অসিনা অথোইবনি।

কুকীদগী নাগানা অরু অহেন, শৈদম, শৈশক লোৎলোই ফিওংদা হেন্না ফজে। জগোইগী ক্ষেত্রদা "কবুই নাগা" জগোই অসি য়াম্না ফজে হায়দুনা হৌজিক কালদা ফাওই।

**কবুই-নাগা জগোই ঃ** কবুইশিংন খুল হৌদুনা কুম অমদা ইরাং পূজা তৌদুনা চহিগী হৌনবী ওইনা ঙাহোং চাক্হোংনবা হাইদুনা শা চাদুনা য়ু থক্লুনা জগোই শাই। মদুবু মণিপুরীশিংনা "হাও হরাওবা" কৌই।.নুপানা মতম অদুদা থাং, তা পাইরগা লান্দমদুনা খৌশাদুনা জগোই শাই। নুপীগা লোইন্নসু জগোই শাই। মতম অদুদদি থোইনা লানগী মওং য়াওদে। চুম্নগী থাং অমত্তং পাইরগা চোংই। নুপীশিংনা মথন্ত অনি লোয়ননা অমদি ময়াম তিন্নদুনা জগোই শাই। ধোল অচৌবা অমদি শেনবুংনা তাল থাই, খুনগী নুপী নুপা অহন অঙাং পুম্নমক্লা ঈশৈ তাল থাই, খুনগী নুপী নুপা অহন, অঙাং পুম্নমক্লা ঈশৈ শকই।

**করম করম্বা মতমদা হাও হরাওই ঃ**

লুহোংলমদাইদা, শিগ্রব মরি মতাগী আত্মা শেন্নবা, লাই ইরাৎপা, লান ঙম্বনচিংবা মতমদা হাও হরাওই।

**মেরা হাও জোংবা ঃ** মণিপুরগী চীংগী হাও জাতি পুম্নমক্না মাগী মাগী নিংথৌনা লুচিংদুনা লশিং, পান, শিং, হৱাইনচিংবা পুরক্তুনা মেরা থাদা মণিপুর নিংথৌ খুরম্না অমদি উনবা লাকই। মতম অদুদা মাগী মাগী জাতিগী হৌনবী মতুং ইন্না জাত খুদিংমক মথং মথং চোংদুনা লাওদুনা জগোই শাই। মদু য়েংবদা য়াম্না ফজবা, নুঙাইবা অমদি থোইদোক্না অকিবগী মশকনি।

অসিগুম্না উপলক্ষ অসি মণিপুর মলৈপাক্তা থাইনদগী "মেরা হাওজোংবা' হাইনা খংনরকই। অদুবু হৌজিক্কী মতমদদি উপলক্ষ অসি নিংথৌ পাম্রবনিনা তৌনখিদ্রে। অমসুং মণিপুরগী অরিবা ৱারিদগী ৱাফম অসি লৈপাক কুম্বনা অদুম খংনরি।

**কবুই নাগা জগোইগী ঈশে (লোক গীত) ঃ**

ঈশে অসিগী মমিংনা "পাজেম্বু" কৌই। মসি শক্তুনা শাবা জগোইবু "পাজেলাম" জগোই হায়না কৌই। হায়রিবা কুম্মে অসি খুনগী পাখং লৈশাবীশিংনা হরাওবা মতমদা নাকা থেংবদা কুম্মে অসি তৌদুনা দোনেসন চৎপসু য়াই। নত্রগা খুনগী "পাজেলাম" অসি তৌদুনা প্রজাদা উৎপা য়াই। নত্রগা খুন অমদা কনাগুম্না মী অমা শিখিবা য়াওরবদি য়ুম্বু অদুনা খুন অদুগী পাখং-লৈশাবীশিংবু "পাজেলাম" জগোই শাবিয়ু হায়না বার্তন তৌরবদি খুন অদুগী পাখং লৈশাবীশিংনা ইমুং অদুদা হায়রিবা জগোই অমসুং ঈশে ফজনা তম্রগা শিখীবা ইমুং অদুদা হায়রিবা কুম্মে অসি উৎপা য়াই।

করিগুম্না কুম্মে অসি উৎপা তারবদি ইমুং অদুগী শুমাং অকোয়বদা পাখং লৈশাবীনা ফমদুনা "পাজেলাম" শানবা খার্বান হায়বা (Seat) থৌরাং তৌবিগনি। মদুদা পাখং অমা লৈশাবী অমা কন্না কন্নন ফমলগা পাখং খুদিংনা (শল্লাম ফৈ (ফি) অমা পাইগনি, অদুগা লৈশাবী খুদিংনা 'বুংকম্ ফৈ' হায়বদি— খ্বাংজেৎ ফি পাইগনি অদুগা পুং য়ৈদুনা হায়রিবা ঈশে অসি শক্তুনা পাখং লৈশাবী খুদিংমক মাগী মাগী ফিজি অদু হাইদুনা জগোই শাগনি।

"পাজেম্বু" অসি মখল হায়বদি আইতেম কয়ামরুম লৈ। আইতেম অমা শকপদা জগোই অদু থাক (Drop) অমা লোইদ্রিফাওবা হন্না হন্না শক্কনি। অসুম তৌদুনা "পাজেলাম" কুম্মে লোইদ্রিবা ফাওবা ঈশে আইতেম মথং মথং শক্তুনা ফি হায়দুনা জগোই শাগদবনি।

ঈশে মখল কয়া শক্তুনা ফল্লগা ফি হাইবগী জগোই শারগা মতুংদা লৈশাবী অনি হৌগত্তুনা জগোই শাগনি। শুমাং ময়াইদা লৈশাবীশিংনা ফল্লীঙেদা ফি হাইবা, হৌগৎলগা জগোই শাবা মতমদা মখাগী ঈশেশিং অসি মথং মথং ওইনা শক্তুনা জগোই শাগনি।

## ফল্লীঙেদা ফি হাইবা জগোইগী ঈশে

### — কবুই লোন —

(১) ফৈগাও রসে রন্না মৈ,
ফৈগাও রসে লমসাং মথিউ লিয়াঁ,
ফৈগাও সুনা নিয়ে।
গোব্রাং সেমমাং সম্লাং মাই গোব্রাং সেমমাং,
কুমাই লুনাই লুনাম দোব্রাল্লো চাঁফে গৌরো
গৌলেন নিয়ে।

## অর্থ মণিপুরী লোনদা

লৈশাবী মখৈ ফি হাইরসি, মী পুম্নমক লংশেম ফি য়াল্লগা ফি হাইরসি। খুন অতৈগী মী পুম্নমক থুংলরে, মেমচা পোৎলোই শেংলগা ফি হাইদুনা জগোই শারো মীমাংদা লেন্নগে।

## (২) হৌগৎলগা জগোই শাবগী ঈশে

### কবুই লোন

থাও থো থাও লাম্ থো
তুনা কালৈ থাও লাম্ থো
আন্ সৈ নৈহাই নংলাম্ জাওখো
তুনা কালৈ থাও লাম্ থো ॥

## অর্থ - মণিপুরী লোনদা

হৌরো গৌগত্তুনা জগোই শারো
লৈশাবী অনি হৌগত্তুনা জগোই শারো
ঙসিগী নুমিত্তা নহাক্কী জগোই য়েংগে
লৈশাবী অনি হৌগত্তুনা জগোই শারো ॥

**(৩) ঈশৈ ঃ** অসিদা কবুই নাগাগী "গান কাই" হায়বা হরাওবা অদুদা নাকা থেংবদা নত্রগা অতোপ অতোপ্পা হরাও কুঁম্মেদা জগোই শাদুনা শকপা ঈশৈনি।

মসি কবুই নাগাগী অয়োংয়ুম শাবদা নত্রগা য়ুহোংবদা শকপা ঈশৈগুম্মা হায়রিবা ঈশৈশিং অসি শকপা অথিংবা লৈতে।

## — কবুই লোন —

লেম জিরো নংপুম্ গলমা লৈরো
ঈ ঙাও নিজে,
নুংপুম্ গনজিজে গলমা লৈরো
ঈ ঙাও নিজে।

## অর্থ - মণিপুরী লোনদা

জগোই ঙন্না শারো নশা অদু লৈদুনা জগোই
শারো, ঐহাক য়েংনিংই।
নশা য়াংনা লৈদুনা জগোই শারো,
ঐহাক য়েংনিংই।

# কথক জগোই

কথক জগোই হায়বসি অরাং ভারতকী শাস্ত্রীয় জগোই মখল অমনি। জগোই অসিদা ঘরনা হায়বদি (বংশ পরম্পরা) মখল অহুম থোক্লা চৎনে। মদুদি উত্তর প্রদেশকী লক্ষ্ণৌ অমসুং বনারস ঘরনা রাজস্থানগী জয়পুর ঘরনা মখল অহুম অসিনু অরাং ভারতকী কথক জগোই হায়না সঙ্গীত জগৎতা খংনরি।

কথক জগোইগী মরু ওইনা চাওখৎলকপা সন্দোক্লকপসি মোগল বাদশাহ আকবরনা ভারত অসি খুদুম চন্দুনা লৈঙাক্লুনা পাম্বা মতমদগীনি। জগোই অসি মোগল দরবারদা জগোই শাবী (বাইজী) শিংনা শাদুনা চৎনরকপা জগোই মখল অমনি। মোগল বাদশাহগী মমাং থাবদসু কথক জগোইনা চৎনরকপগী খুদুমসু অয়াম্বা পৌরানিক, ঐতিহাসিক ওইরবা রাফম কয়া অমসুং পুরান কয়াদা উবা ফংঙি।

অদুম ওইদুনসু জগোই মখল অসিনা চাওখৎলকপা অমসুং সন্দোকপা অসিদি মোগলনা ভারত লৈঙাক্লুনা পাম্বা মতমদগীনি হায়বদা থোইদোক্লা চীংননিঙাই লৈতে অমসুং পৌরানিকী রাফম ওইনা "কথক" হায়বা রাহে অসিসু রামায়ন, মহাভারতকী মতমদা রারী লীবা (কথাবাচক) শিংনা সমাজদা রারি লীদুনা অহম্বা অমসুং কাব্যশিং অদুবু হকচাংগী লেংওৎপা খুৎশানচিংবা ঈশে জগোইগী মওংদা ভাব ফোংদোকপা উৎপদগী লৌদুনা (কথাবাচক) শব্দগী 'কথক' হায়বা রাহে অসি থোকপনি হায়না 'কথক' শাস্ত্রকারশিংনা মত পি।

কথক জগোই অসিসু মন্দিরদা শাদুনা চৎনরকপা জগোই মখল অমনি অদুবু মোগলশিংনা দরবারদা পুসনলক্লুনা শাহ্বদগী দরবারী জগোই ওইনা সমাজনা খংনখী। কথক জগোই শাবা মতমদা কথককী আচার্য্য গুরুশিংনা "পখাৱাজ" হায়রিবা পুং অদু য়ৈদুনা জগোই শানরম্মী অমসুং মোগল দরবারদা চংঙকপদগী "পখাৱাজ" গী মহুত্তা 'তবলা' না শিনখিদুনা হৌজিক্তি কথক জগোইগী মরু ওইনা বাদ্যদি তবলা য়ৈদুনা শাবা অসিনা চৎনবা হৌখরে। কথক জগোই শাবদা অতে অতোপ্পা জগোই মণিপুরী, ভারত নাট্যম, কথকলিগুম্বা শাদে জগোই অসি শাবদা "সমভঙ্গ" না অহাম্বগী ফীরেপনি। কথক জগোই অসি ভরত্তা চৎনরিবা অতে অতোপ্পা শাস্ত্রীয় জগোই মখলশিংদগী অনেম্বা থাক্তা সমাজগী মীৎয়েং লাকখি। মসিগী মরমদি— কলাকারশিংগী মনুংদা লাইরিক লাইশু হৈবা রাংনবনচিংবসু ইবা রাংনবা অমসুং কলা অসিগী মরমদা শাস্ত্র সনমত্ ওইবা লাইরিক লাইশুনচিংবা

ইবা হাৎনবা অসিগুম্বা হীরম কয়ামুক অসিতা নত্তনা ওত্তবী জগোই শাবী (বাইজী) শিংনা কথক জগোই অসিগী মতেং (শরণ) লৌদুনা হোটেলনচিংবদা জগোই শাব অসিনচিংবা চৎনরকপদগী কথক জগোই অসিগী অশেংবা রূপ অদু মাংশিনলকখী। ভারতীয় সিনেমা জগৎতা কথক জগোইগী মফম য়াম্না চাওনা লৈ । সিনেমা খুদিংমক্তা জগোই অম্না উৎপা তারবদা কথক জগোইগী শক্তমতম্না উবা ফংগনি অঁতে অতোপ্পা শাস্ত্রীয় জগোইগী শক্তম উবা ফংবা হাৎলি । তৌইগুম্বসুং হৌজিক্কী মতম অসিগদি কথক জগোইগী মান সম্মান য়াম্না চাওনা লৈরে । মতিক চাবা গুরুজনশিংনা কলা অসিবু য়োকখৎনবা থৌরম কয়া পাইখৎপিদুনা শাস্ত্র সনমত্ ওইবা লাইরিক কয়াসু ইনরক্লে অদুগা 'রঙ্গমঞ্চ' দসু মতিক মগুন লৈরবা কলাকার কয়ানা কুমদুনা জগোই অসি প্রচার তৌবদা থৌদাং লৌরে । যোগলগী মতমদা চৎনরম্বা 'মুসলমান' শিংগী ধর্ম্মগা রি লৈলবা থৌরম কয়া অদু থাদোক্তুনা হিন্দু শাস্ত্রগী মত মতুং ইন্না কথক জগোইসু শারে ।

## লক্ষ্মৌ ঘরানা (বংশ পরমপরা) গী গুরুশিংগী মমিং

১। ঈশ্বর জী ২। অড়গুজী ৩। খরগুজী ৪। তুলারামজী ৫। প্রকাশ জী ৬। দয়াল জী ৭। হরী লালজী ৮। দূর্গা প্রসাদ জী ৯। ঠাকুর প্রসাদ জী ১০। ভৈরব প্রসাদ ১৪। অচছন্ মহারাজ ১৫। লচ্ছু মহারাজ ১৬। শম্ভু মহারাজ ১৭। বিরজু মহারাজ ১৮। কৃষ্ণমোহন অসিনচিংবনি ।

## বনারস ঘরানা (বংশ পরমপরা) গী গুরুশিংগী মমিং

১। জানকী প্রসাদ ২। হুকুম রাম ৩। দুল্লারাম ৪। চুন্নীলাল ৫। গনেশ প্রসাদ ৬। বিহারী লাল ৭। পুরন লাল ৮। হীরালাল ৯। হনুমান প্রসাদ ১০। শিবলাল ১১। গোপালজী ১২। মদন লাল ১৩। রাম লাল ১৪। কৃষ্ণ কুমার ১৫। অশোক কুমার ১৬। জগদীশ ১৭। সুখদেব ১৮। কুন্দন লাল ১৯। দূর্গা প্রসাদ ২০। কিশন লা ২১। মোহন লাল ২২। সোহন লাল ২৩। নবকিশ্বর ২৪। বংশীলাল ২৫। অমকার ২৬। শঙ্কর লাল ২৭। পরানন্দ ২৮। মালচন্দ অসিনচিংবনি ।

## জয়পুর ঘরানা (বংশ পরমপরা) গী গুরুশিংগী মমিং

১। মালুজী ২। লালুজী ৩। কাহনজী ৪। গীধাজী ৫। সহজা জী ৬। গিরধারী ৭। হরিহর প্রসাদ ৮। হনুমান প্রসাদ ৯। মোহন লালজী ১০। চিরনজী লালজী ১১। নারায়ন প্রসাদজী ১২। চরন গির্ধরজী ১৩। তুলসীজী অসিনচিংবনি ।

## কথক জগোইদা শিজিন্নবা মরু ওইবা ৱাহৈ খরা

**কটাক্ষ ঃ** ৱাহৈ অসিন তাকপদি জগোই শাব মতমদা মীৎয়েং নায়েংনা অতোপ অতোপ্পা ৱাখলগী ভাবপু ফোংদোকপা অদুবু 'কটাক্ষ' হায়না কৌই। মসিদা হুকচাংগী অভিনয় য়াওদে, মসি শৃঙ্গার রসনি।

**তত্কার ঃ** ৱাহৈ অসি খোংগী থৌরমনি, কথক জগোই শাবা মতমদা (পদকরণ) খোংচৎ খোংলোন্ থোইদোক্লা খোংগী থৌরমবু 'তত্কার' হায়না খংনৈ, মসি খোং য়েৎনা হৌরগা ওইনা লোয়গনি।

### তত্কার তবলা মরোল

তা– থই– থই– তত্ আ– থই– থই– তত্ অসুম্না ওইগনি।

**আমদ ঃ** ৱাহৈ অসিনা তাকপদি লাকপা অমসুং চংবা হায়বনি। 'রঙ্গমঞ্চ' দা কাদুনা তবলা মরোল অমা য়ৈদুনা 'মঞ্চ' দা জগোইগা লোয়ননা চংবা অদুবু আমদ হায়না খংনৈ। আমদ ৱাহৈ অসি মোগলগী মতমদগী লাকপনি, মসিগা গনেশ বন্দনা অমসুং সরস্বতী বন্দনাগা লোয়ননসু জগোই শানৈ। অমসুং আমদতসু মখল অহুম থোক্লা লৈ।

**লক্ষ্ণৌ ঘরানাগী আমদ ঃ** য়াম্না অতোপ্পা (বিলম্বিত লয়) দা জগোই শাগনি।

**বনারস ঘরানাগী আমদ ঃ** মাত্রা ৪ মাত্রা ৮ দা তবলা মরোল য়ৈদুনা জগোই শাগনি, লয়দি অতপ্পা (বিলম্বিত) দা অয়াম্বা শানৈ।

**জয়পুর ঘরানাগী আমদ ঃ** য়াম্না অতপ্পা (বিলম্বিত) য়াম্না অথুবা (দ্রুত) লয় অনিমক্তা জগোই অসি শাগনি।

**সলামী ঃ** সলামী হায়বা ৱাহৈ অসি খুবম্বু হায়বনি জগোই শাগদৌরিবা কলাকার অদুনা 'তোড়া নত্রগা টুকরা'' তবলা মরোল য়ৈদুনা জগোই শাদুনা সভাবু প্রনাম তৌদুনা খুরম্না অদুবু কথক জগোইদা সলামী হায়না খংনৈ। মখাদা ইরিবা মরোল অসি সলামীগী তবলা মরোলনি।

### তিন তাল

\+ ২ ০

তত্ ঽঽ তত্ ঽঽ । তাৎ থেই থেই তাৎ । আৎ থেই থেই তাৎ
তত্ ঽঽ তত্ ঽঽ । থেই ঽঽ ঽঽ ঽঽ । তত্ ঽঽ তত্ ঽঽ
থেই ঽঽ ঽঽ ঽঽ । তত্ ঽঽ তত্ ঽঽ । তা

## টুকড়া

\+ ২ ০

তত্ তত্ ত্রাম থেই । তিগধা দিগদিগ থেই ss । তত্ তত্ ত্রাম থেই

৩ + ২

তিগধা দিগদিগ থেই ss । তত্ তত্ ত্রাম থেই । তিগধা দিগদিগ থেই ss

০ ৩

তিগধা দিগদিগ থেই তিগধা । দিগদিগ থেই তিগধা দিগদিগ

তা ।

## তোড়া

\+ ২ ০

তত্ তত্ থুন থুন । তিগধা দিগদিগ থেই ss । তত্ তত্ থুন থুন ।

৩ + ২

তিগধা দিগদিগ থেই ss । তত্ তত্ থুন থুন । তিগধা দিগদিগ থেই ss

০ ৩

তিগধা দিগদিগ থেই তিগধা । দিগদিগ থেই তিগধা দিগদিগ

\+

তা ।

## কবিত্ত

মুরুলিকী ধুন্ সুন্ নিরত্ করত্ গোপী ।

তা থৈয়া তা থৈয়া, { তাং তাং থৈ

তাং তাং থৈ, তাং তাং থৈ — } *(অনিরক হায়বা)*

তাং তাং থৈ, তাং তাং থেই, তাং, তাং তা ।

## স্বরলিপি

\+ ২

মুলিকী ধুনসুন নিরতক রতগোপী । তাথেইয়াত থেইয়া তত্তত্ থেই তত্ তত্

০

থেই তত্ তত্ । থৈই ss তা তত্তত্ থেই তত্তত্ থেই তত্তত্

৩ +

থেই ss তাতত্তত্তত্ থেইতত্তত্ থেইতত্তত্ । না

তাৎ তাৎ তাৎ তাৎ, মুরুলিকী ধুন সুন,
আই রাধা আই রাধা, { যমুনাকে তট পর } *(অনিরুক হাইগনি)*
উঠ করত নিরত, উঠ হিরতা ফিরতা,
উঠ করত নিরত যৈছে চঁদ্র চামক্ চামকে
থোদ্রিদ, থোদ্রিগ, দ্রিগ, নদ্রিগ, নদ্রিগ, দ্রিগ,
{ত্রাম তত্ তত্ থেই তত্ তত্ থেই }*(অহুমলক হাইগনি)*

## কবিত্ত

মুরুলি মধুর ধুন, বাজত মৃদঙ্গ ধুন,
সম্ সম্ সনা নানা
{—নাচত রাধিকা —রাধিকা রাধিকা } *(অহুমলক হায়গনি)*
ধাক্রাধা ধিন্তাকত্ ऽ ऽ
তা—

## কবিত্ত

শিশ মুকুট বংশি মুখ বাজে,
চপল্ নয়ন কুন্দল ঝল কে,
ময়ুর মুকুট পিতম্বর সহে,
মন্দ মন্দ মধুরি মুসুকে,
মধ্যে (১) মধ্যে (২) মাধো (৩) মধ্যে (৪) মধ্যে (৫)
মাধ্যে (৬) মাধ্যে (৭) মধ্যে (৮) মধ্যে ।

## কবিত্ত

নাচত ফিরত ডঃর ডঃর
পত্ পত্ ঋতু বসন্ত
লঙহ লহাত থোদৃগ নাদৃগো
থোগৃগ তত্ ত্রাম্ তা ॥

## গন্‌পতি (গনেশ) বন্দনা

স্বরন সুন্দর নাম গনপতি,
    জ্ঞান্ নাথ গজানা নম্,
ক্রেতি বিঘন, হরন বিমোচননোম্ লম্বো,
    দার এক দন্তা তা,
ধাকা খিকিত ধাঃন, খিরানা,
    কিটি তক্ তক্ না s ন,
কিটি তক্ থৈ তাথৈ, কর বন্দনা,
    সব দেবতা,
লিয়ে পুষ্প ধূপ অরু দীপতা,
    বাজাত মৃদঙ্গ, পাগ খুঙ্গরু সঙ্গ,
কর রক্ষা, গন নন্ তবা, গন নন্ তবা
    আ গনপতি।

## গুরু বন্দনা

গুরু ব্রহ্মা গুরু বিষ্ণু,
    গুরুদেব মহেশ্বর,
গুরু সাক্ষাৎ পরম ব্রহ্মা,
    তস্মীয় শ্রীগুরুদেব নমো ॥

**ঠাট :-** অসিগী মথেং অসিদি জগোই শাবা মতমদা অহান্বা লেপ্পা (করণ) খোংলেপ্পু হায়বনি। হকচাংগী থেকপা মুকপাগা লোয়ননা মাত্রা চানা হৌগৎতুনা ওইহননিংবা মুদ্রা অমদা ওইহন্দুনা লেপ্লবু কথক জগোইদা ঠাট্ হায়না খংনৈ। অমসুং ঠাট্‌কী মুদ্রাদা লেপ্পা মতমদা স্বর য়াম্না তপ্পা হোনগনি হকচাংগী অঙ্গভঙ্গী মুদ্রাসু য়াম্না অতপ্পদা ওইহনগদবনি। মসিগা লোইন লোইননা খুৎকী খুৎলোনসু অতপ্পা ওইগনি। মীৎকী মীৎয়েংসু পিসুমগা লোইননা মীৎচী খৎতুনা শারবদি জগোই অদু য়াম্না ফজবা মওংদা ওই। তৌইগুম্লসুং ঠাটকী ভাব চপ চানা ফোংদোক্তুনা জগোই উৎপা অসি য়াম্না লুনা থোকনৈ। মরু ওইনা হায়রবদা ঈশে শকপা, জগোই শাবা অতোপ্পা (বিলম্বীত) লয়দা শাবা, শকপা হায়বা অসিমক্তবু য়াম্না লুনা থোকনৈ।

## গত্ ভাব

গত ভাব হায়বসি কথক জগোই শাবীশিংগী য়াম্না মরু ওইবা অভিনয় জগোই মখল অমনি। মসি মখল য়াম্মী থোইদোক্লা রাধাগট, কৃষ্ণ গট্, পনঘট, আদাগট অসিনচিংব লৈ। গত ভাবতা মরু ওইবা তবলা মরোন অরেপ্পা লৈতে। তাল

অমসুং মাত্রা কায়দনা য়ৈ.বা মরোল অমদা (চক্র) লৈদুনা ভাব ফোংদোকপা অদুবু গত্ ভাব হায়না কৌই।

খুদম ওইনা ঃ- রাধা অমসুং কৃষ্ণ অনিনা অৱাই অখুম তৌদুনা লাক্লবা অমসুং অঙাং কল্লাগী মতৌ তল্লা অসিনচিংবা অসি গত্ভাব্ জগোইগী মনুংদা উবা ফংঙি।

## রাসলীলা

কথক জগোইদসু রাসলীলা উৎতুনা জগোই শাবগী খুদমসু লৈ মদুদি—

সখিয়া শ্যাম বিন ভয়,

দুঃখ রীন শ্যাম,

শ্যাম জব লগী পুকরন

অসিনচিংব ঈশে অসি রাসলীলাদা শর্কনে।

## গত ভাব (নিকাশ নত্রগা গতি)

### তবলা মরোল

\+ ২

তাs থেইয়া থেইয়া কত । আs থেইয়া থেইয়া কত

০ ৩

তাs থেইয়া থেইয়া কত । ss কত ss কত

\+ ২

তাs থেই ss তত্ । আs থেই ss ত্

০ ৩

তাs থেই ss তত্ । আs থেই ss তত্

মোগলনা ভারত অসি লৈঙাক্লুনা পাল্লকপা অমসুং লোয়শিনলকপা মতমদা মোগলগী ইলোয় লোয়বা বাদশাহ নিংথৌদি নবাব ৱাজিদ আলী শাহনি। হায়রিবা বাদশাহ অসিনা হায়রিবা 'রাসলীলা' জগোই মখল অসিবু য়াল্লা। ফজনা শেমদুনা কথক জগোইগী মনুং চল্লা প্রচার তৌরম্মী। অদুনা হৌজিক্তি কথক জগোইদসু রাসলীলা শানরে।

# কথকলি জগোই

কথকলি হায়বা জগোই মখল অসি খা নোংচুপ ভারতকী কেরল লৈপাক অমসুং মালবার উপকুলদা চংনবা য়াম্না অরিবা শাস্ত্রীয় জগোই মখল অমনি। জগোই অসি শতাব্দী ১৭ গী অদুবাইদা কোট্রিরক্কারাগী নিংথৌনা লৈঙাক্কুনা পাম্বা তমতদা থোইদোক্লা নিংথৌ অসিমক্লা জগোই অসি শাদুনা সমাজতা প্রচার কন্না তৌরম্মী। লৈপাক্কী নিংথৌ অমা ওইরবসু কলাগী মাইকৈদা কেরল লৈপাক্তা নিংথৌ অসিগী অবদান য়াম্না চাওনা লৈখিরম্মী। হৌজিকসু করিগুম্বা উৎসব অমা থোক্লকপা মতমদা কথকলি জগোই নত্তনা অতৈ অতোপ্পা কলাগী শক্তম উবা ফংবা য়াম্না য়ানা থোকই। ত্রিবানকোরগী নিংথৌনা কলা সংস্কৃতিগী মাইকৈ অশোমদা চাওখৎনবা হোৎনবিরম্বগী মহৈনা হৌজিক কথকলি জগোই অসিসু বিশ্বদা শিংথানরিবা শাস্ত্রীয় জগোই মখলশিংগী মনুংদা অমনি।

জগোই অসি নাট্য শাস্ত্রগসু য়াম্না মরি লৈনৈ অমসুং কথকলিগী অরিবা পুরানদি "হস্তুলক্ষন্ দীপিকা" হায়বা লাইরিক (পুরান) অসিনী। অসিত নত্তনা কথাকলি জগোইগী মরমদা কোট্রিরক্কারা নিংথৌনা কথাকলি জগোইগী মরমদা মশক নাইবা কথকলি শাস্ত্র লাইরিক কয়াসু ইবিরম্মী। অমসুং 'রঙ্গমঞ্চ' দা কথকলি জগোই শাব তারবদা (গ্রুপ) হায়বদি কলাকার ২০/২২ রোমনা শুন্না শাই অমসুং রমায়ন, মহাভারতকী য়ারীদা অয়াম্বা কথাকলি জগোই অসি শনৈ। জগোই অসি শাব মতমদা রস মখল ৯ মক শির্জিন্নৈ, জগোই অসি অয়াম্বা মতমদা নিপাতনা শানৈ। নুপীগী মহুত্তসু নিপানা নুপী শারগা জগোই শাব ওই, থোইদোক্লা কথাকলি জগোইদা শুপ্পা হায়রবদা নুপীশিংনা জগোই অসি শাবা য়াম্না য়াৎলি।

যন্ত্রগী মরমদা মাদলম্, মৃদঙ্গম, রুদ্রবীনা, বাঁশী অসিনচিংবা য়ৈদুনা খোংদুনা জগোই শানৈ। কথকলি হায়বসি য়াম্না চোংফনদুনা শাবা জগোই মখল অমনি। ত্রিবানকোরগী "পদ্মনাভ্" স্বামী মন্দিরদা ওইবা উৎসব (পরপ) খুদিংমক্তা কথকলি উৎলি অমসুং ত্রিবান্কোরগী মন্দির খুদিংমক্তসু কথকলি জগোই মগুলি লোয়না লৈনৈ।

তালগী মরমদা ভরতনাট্যম জগোইদা চংনরিবা তাল মখল অয়াম্বা কথকলি জগোইদসু চংনবা ওইনা তৌই। অদুমদি ওইরগা পুংলোনদা খরা খরদি খেৎনৈ।



**'কথকলি জগোই'**

*রাবন অমসুং মন্দদরীগী অভিনয়*

**'কথকলি জগোই' পুংলোনগী খুদম খরা :** খুজ, কড়ান, ঘির, ঘির কিজগ, গ্রাং, গ্রিক, থ্রিক, থ্রিক অসিনচিংবনি। শারিবা জগোই অদুগী ভাব রস মতুং ইন্না পুংলোন অকন্না, অৱাংবা, অনেম্বা, অসুম্না ৱৈন্নে।

**কথকলি জগোইগী খুৎমাবা গুরুশিং :** গুরু ৺শঙ্করম নাম্বোদ্রী, গুরু ৺কুঞ্জকুরুপ, গুরু ৺রাভানি পিল্লাই, গুরু ৺গোপাল পিল্লাই, গুরু ৺কে. চন্দ্রশেখরন, গুরু ৺কৃষ্ণ নায়র, গুরু ৺হরিদাশ নায়র, গুরু ৺গোপীনা, গুরু গোবিন্দন, কুট্টি অসিনচিংবনি।

---

# কুচিপুড়ি জগোই

অন্ধ্রপ্রদেশতা কুচিপুড়ি হায়বা য়াম্না পিক্কবা খুন অমা লৈ। হায়রিবা খুন অসি চাওরাক্না ঙসিদগী চহি ৫০০ রোম অদুরাইদগী জগোই-ঈশৈ, কলা-কৃষ্টিগী মীহৈকেদা য়াম্না মপুং ওইবা কেন্দ্র অমা ওইনা সমাজনা খংনরক্লিবা খুন মচা অমনি। খুন অসিদা চংনকখীবা জগোই মখল অসিবু খুন অসিগী মমিং লৌদুনা হৌজিকী সঙ্গিত জগৎতা কুচিপুড়ি জগোই হায়না খংনরি। হায়নবা অমা লৈ, মদুদি সিদ্ধয়েন্দ্র যোগী (তপস্বী) অমনা জগোই অসি রচনা তৌদুনা পুথোকলম্বনি। মতুংদা বিজয় নগরগী নিংথৌগী মতেংদগী জগোই অসি য়াম্না চাওখৎলকখী। অমসুং নাট্য-শাস্ত্রা, অভিনয় দর্পন নচিংবা অয়াম্বা শাস্ত্রাগী মনুং চনহলদুনা কলা অসিবুসু শাস্ত্রা সনম্তে ওইহনখি।

জগোই অসিদা শাস্ত্রাগী ওইবা (নৃত্তকরন) খোংচৎ খোংলোন অঙ্গিকাভিনয় অমসুং খুৎকী মুদ্রানচিংবা লোইনা উবা ফংঙি। অমসুং জগোইগী মরু ওইবা ভাবতি হাকচাংগী অভিনয়নি। কুচুপুড়ি জগোইদা শৃঙ্গার রসতা অয়াম্বা জগোই অসি শানৈ।

সিদ্ধায়েন্দ্র যোগীনা অহান্বা "ভামাকলাপ" হায়বা জগোই মখল অমা পুথোকই, মসিদা অতোপ্পা ৱারী ৱাখোং কয়াদা রচনা তৌদুনা জগোই অসি চাওখৎনবা হোনখি। খুদম— হৌজিক্কী কুচিপুড়ি জগোই অসিদা হায়রিবা "ভামাকলাপ" কী জগোইগী অয়াম্বা মমিসু তারি। অদুনা কুচিপুড়ি জগোইগী ইহান হাম্বা খুৎমাবা গুরুদি সিদ্ধয়েন্দ যোগীনি মতুংদা গুরু বেদান্তম সত্যনারায়ন, গুরু চিন্ন সত্যম্নসু জগোই অসিগী প্রচার তৌবদা অচৌবা থৌদাং য়াখি। শ্রীমতি রাধা, গুরু রাজারেড্ডি, সোভা নায়ড়ু, সপ্ন সুন্দরী অমসুং কলা কৃষ্ণন, ওঝাশিং অসি কুচিপুড়ি জগোইগী শক্লইবা কলাকার ওাক্তনি। জগোই অসি মন্দিরদা ঈশ্বরবু ইরাৎ পূজা তৌদুনা শাবা জগোই মখল অমনি। হৌজিক্তি খুনগী লৈকায়গী ওইবা লমহাং মফমদা মাঙ্গপনচিংবা শারগা জগোই অসি শানৈ। নিংথৌ পাল্লিঙে মতমদদি নিংথৌনা কলা বিদ্যা অসিগী চাওখৎ থৌরম কয়াদা মতেং য়াম্না পিরম্মী। হৌজিক্তি নিংথৌ পানত্রবনিনা অসিপুম্বা অসি অমত্ত মতেং ফংদ্রে। তৌইগুম্বসুং ভারত সরকার অমসুং দিল্লি সঙ্গীত নাটক একাদেমীনা কচিপুড়ি জগোই অসিবুসু শাস্ত্রীয় নৃত্য জগোই মখল অমা ওইনা শকখং মাইখংবিরবা কলা মখল অমনি।

---

# উড়িসী জগোই

উড়িসী জগোই হায়বসি ভারতকী খা নোংপোকতা লৈবা উড়িসা লৈপাক্তা চংনবা শাস্ত্রীয় জগোই মখল অমনি। জগোই অসিগী মরমদা চহি লিংশিং অনিরোম অদুবায়দগী চংনরক্রবা শাস্ত্রীয় জগোই মখল অমনি হায়না লৈপাক অসিগী পণ্ডিত কয়ামুক্তা মত পিরি । অমসুং মন্দিরদগী হৌরকপা মতুংদনা হিন্দু নিংথৌগী দরবারনচিংবদা শাদুনা জগোই অসি য়াম্না চাওখৎলকখিরম্মী । জগোই অসিগী অয়াম্বা অঙ্গভঙ্গী পুম্না "ভরত নাট্য শাস্ত্রা অমসুং শতাব্দী ১২ গী অদুবায়দা ফাওখিবা "অভিনয় চন্দ্রিকা" হায়বা শাস্ত্রা (গ্রন্থ) অদুদগী লৌখৎতুনা জগোইগী গুরুশিংনা রচনা তৌদুনা পুথোকখি । অমুং উড়িসা লৈপাক অন্ধ্রপ্রদেশ লৈপাক অনি অসি লোন্না লৈবা মরম্না শতাব্দী কয়ামুক্তগী কৃষ্টি সংস্কৃতিগী মরমদসু (আদান প্রদান) লৌথোক লৌশিন তৌননা লাকখিরম্মী । নিংথৌশিংগী রাজদরবারগী নাট্য মণ্ডলিশিংসু লৈপাক অনি অসিদা চংথোক চংশিন তৌদুনা কলাগী চাওখৎ থৌরম কায়াদা শরুক য়ামিনরকখি । মরম অসিদগী উড়িসী জগোইদা অয়াম্ব ভারত নাট্যম্ অমসুং কুচিপুড়ি জগোইগী শাথেক শাওননচিংবা য়াম্না নকশিন্ননা লৈবসু ঐখোয়না উবা ফংজরি ।

তৌইগুম্নসুং নাট্য শাস্ত্রদা হায়রিবা (নৃত্ত করন) ১০৮ অদুমক উড়িসী জগোই অদা শিজিন্নে । অসিতা নত্তনা জগোই অসিগী ইতোপ তোপ্পা মুদ্রা কয়ামুসকু উড়িসী জগোই অসিগতা উবা ফংঙি ।

ওড়িসাগী ভুবনেশ্বর, কোর্ণাক অমসুং জগন্নাথ পুরীগী মন্দিরশিংদা নুংগী ময়েকতা জগোই অসিগী খুদম কয়ামুক উবা ফংঙি । গুরু, কেলুচরন মহাপাত্র গুরু শ্রীমতি সংযুক্তা পান্নিগ্রহি উড়িসী জগোইগী অহান্বা খুৎমাবনি ।

# মোহিনী অট্টম্ জগোই

মোহিনী অট্টম হায়বা জগোই মখল অসি কেরল লৈপাক্তা চংনরকপা য়াম্না অরিবা জগোই মখল অমনি। থায়না মমাংঙৈদা জগোই অসি সমাজদা য়াম্না পাম্না চংনরম্বা জগোই মখল অমনি অমসুং হৌজিক্কী মতমদা জগোই অসি চংনবা খরা ম্রাংলে অদুবু সঙ্গীত নাটক একাদেমী নিউ দিল্লি অমসুং ভারত সরকাররনা ক্লাসিকেল দেন্স মখল অমা ওইনা শকখংবিরবা কলা অমনি। মালয়ালম্ লোনদা "মোহিনী অট্টম" সংস্কৃত লোনদা মোহিনী নাট্যম হায়না শকখংনৈ— পুরানগী ম্রারিদা লাইকুতি কুনম্বাহুমদোয়গা হিংচাবশিংগা (সমুদ্র মনথন) সমুদ্র লৈখিবগী ম্রারিদা বিষ্ণু (ভগবান) না মোহিনী রূপ ধারন তৌদুনা লাইশিং অমসুং হিংচাবশিংবু পেলহনখিব অসিনচিংবগী ম্রারিশিংদা মোহিনী নাট্যম জগোই অসি শানৈ। জগোই অসি নাট্য শাস্ত্রাগসু য়াম্না মরি লৈনবা শাস্ত্রীয় জগোই মখল অমনি।

মোহিনী নাট্যম জগোইগী খুৎমাবা গুরুশিংদি— গুরু বল্লথোন নারায়ন মেনন, গুরু কল্যানী কুট্টি, গুরু করুনা করন, গুরু পনিক্কর, গুরু কেবলম নারায়ন আসনচিংবনি।



# লোক নৃত্য
# (Folk Dances)

### জম্মু অমসুং কাশ্মীরদা চৎনবা লোকনৃত্য (খুনুং জগোই)

১। বচন্‌গমা জগোই ২। কুডড্ জগোই ৩। ফুম্‌নী জগোই ৪। শোঙ্‌রচেস জগোই ৫। কোশেঙ্ রচেস্ জগোই ৬। শ্রুপজারচেস্ জগোই ৭। ন্যাবোপে রচেস্ জগোই ৮। হুম্ জগোই ৯। জব্রো জগোই অসিনচিংবা জগোইশিং অসি জম্মু অমসুং কাশ্মীর লৈপাক্তা চৎনবা লোকনৃত্য খুনুং জগোইনি।

### হিমাচল প্রদেশতা চৎনবা লোকনৃত্য (খুনুং জগোই)

১। বনরাজা গরিয়া জগো ২। ঘুমতী জগোই ৩। লাবনী বগাবলী জগোই ৪। নটী জগোই অসিনচিংবা জগোইশিং অসি হিমাচল প্রদেশ লৈপাক্তা চৎনবা লোকনৃত্য খুনুং জগোইনি।

### রাজস্থানদা চৎনবা লোকনৃত্য (খুনুং জগোই)

১। ঘুমর জগোই ২। ঝুমর জগোই ৩। ডাঁন্দিয়া জগোই ৪। গীডর জগোই ৫। বসিয়া জগোই ৬। তেরাতালী জগোই ৭। কাচ্ছী ঘোড়ী জগোই ৮। গৈর জগোই ৯। ঘুমরা জগোই ১০। বালর জগোই ১১। ঢোল্ জগোই ১২। গৌরী জগোই ১৩। ভবাইয়ো জগোই ১৪। সপেরো জগোই অসিনচিংবা জগোইশিং অসি রাজস্থান লৈপাক্তা চৎনবা লোকনৃত্য খুনুং জগোইনি।

### গুজরাত্তা চৎনবা লোকনৃত্য (খুনুং জগোই)

১। গরবা জগোই ২। ডাঁন্দিয়া রাস জগোই ৩। হলেসা জগোই ৪। মঞ্জীরা জগোই ৫। মট্‌কী জগোই ৬। কাপনী জগোই ৭। গবরী জগোই ৮। হল্লী রাসক্ জগোই অসিনচিংবা জগোইশিং অসি গুজরাত লৈপাক্তা চৎনবা লোকনৃত্য খুনুং জগোইনি।

### মহারাষ্ট্রদা চৎনবা লোকনৃত্য (খুনুং জগোই)

১। দিন্তী জগোই ২। কালা জগোই ৩। টিপরী জগোই ৪। গোফ জগোই ৫। গৌরী গনপতিচা জগোই ৬। ঢোলাচা জগোই ৭। টারপী জগোই ৮। দশাবতার জগোই ৯। শিম্‌গা জগোই ১০। মছুরা জগোই ১১। লাবনী জগোই অসিনচিংবা জগোইশিং অসি মহারাষ্ট্র লৈপাক্তা চৎনবা লোকনৃত্য খুনুং জগোইনি।

## উত্তর প্রদেশতা চৎনবা লোকনৃত্য (খুনুং জগোই)

১। পাণ্ডব জগোই ২। থালী জগোই ৩। জাগর জগোই ৪। খাড্যা জগোই ৫। ঝুমৈলো জগোই ৬। চৌংকুলা জগোই ৭। ছোপতী জগোই ৮। চৈতী পসারা জগোই ৯। ছপেলী জগোই ১০। চাংচরি জগোই ১১। চৌলিয়া (থাং) জগোই ১২। ঘসিয়ারী জগোই ১৩। রাসলীলা জগোই ১৪। কজরী জগোই ১৫। হোলী জগোই ১৬। ডণ্ডা (চট্টা) জগোই ১৭। কর্মা জগোই ১৮। দীব্বালী জগোই ১৯। ভগত জগোই অসিনচিংবা জগোইশিং অসি উত্তর প্রদেশ লৈপাক্তা চৎনবা লোকনৃত্য খুনুং জগোইনি।

## বেঙ্গলদা চৎনবা লোকনৃত্য (খুনুং জগোই)

১। রায়বংশী জগোই ২। ঢালী জগোই ৩। কাঠি জগোই ৪। লাঠী জগোই ৫। ঝুমর জগোই ৬। ধমাইল জগোই ৭। বরন জগোই ৮। আরতী জগোই ৯। ব্রতাচারী জগোই ১০। মেঘরানী জগোই ১১। কীর্তন জগোই অসিনচিংবা জগোইশিং অসি বেঙ্গল লৈপাক্তা চৎনবা লোকনৃত্য খুনুং জগোইনি।

## উড়ীষ্যাদা চৎনবা লোকনৃত্য (খুনুং জগোই)

১। চউ জগোই ২। ঘুমুরা জগোই ৩। ভাত্রাও জগোই ৪। ভূইয়া জগোই ৫। জোঙ্গ জগোই ৬। করমা জগোই ৭। সাবরা জগোই ৮। কোণ্ড জগোই ৯। মুড়িয়া জগোই অসিনচিংবাশিং অসি উড়ীষ্যা লৈপাক্তা চৎনবা লোকনৃত্য খুনুং জগোইনি।

## বিহারদা চৎনবা লোকনৃত্য (খুনুং জগোই)

১। হওতাল্ জগোই ২। মুন্ডাও জগোই ৩। শিকারী জগোই ৪। করমা জগোই ৫। লহমুআ জগোই ৬। সতুরী জগোই ৭। চউ জগোই অসিনচিংবা জগোইশিং অসি বিহার লৈপাক্তা চৎনবা লোকনৃত্য খুনুং জগোইনি।

## মধ্য প্রদেশত্ত চৎনবা লোকনৃত্য (খুনুং জগোই)

১। পালী জগোই ২। ভৌলী জগোই ৩। নবঅলী জগোই ৪। ফুলপাতী জগোই ৫। গবর জগোই ৬। সৈলারিনা জগোই ৭। সরুল জগোই ৮। লকড়ী জগোই অসিনচিংবাশিং অসি মধ্য প্রদেশ লৈপাক্তা চৎনবা লোকননৃত্য খুনুং জগোইনি।

## কেরলদা লোকনৃত্য (খুনুং জগোই)

১। সথকালী জগোই ২। কুথু জগোই ৩। থুলান জগোই ৪। কুরাথিপট্টম জগোই ৫। কাইকোটিটক্কলি জগোই ৬। যক্ষাগান জগোই অসিনচিংবা জগোইশিং অসি রেল লৈপাক্তা চৎনবা লোকনৃত্য খুনুং জগোইনি।



চক্রবিহু (বেলেট) ঃ *দ্রোনাচার্য্য অমসুং অভিমন্যুগী লালোং।*
*বেলেট অসি ওঝা এস. ধনেশ্বর সিংহনা পরিচালনা তৌদুনা কুন্দন বিদ্যা মন্দিরগী মীহেরোয়শিংনা লুধিয়ানাদা উংখিবনি।*



চক্রবিহু (বেলেট) ঃ *ভূরিশ্রবানা অনিমন্যু হাংপা।*
*বেলেট অসি ওঝা এস. ধনেশ্বর সিংহনা পরিচালনা তৌদুনা কুন্দন বিদ্যা মন্দিরগী মীহেরোয়শিংনা লুধিয়ানাদা উংখিবনি।*



**‘দ্রৌপদী স্বয়ম্বর’ (বেলেট)**

*দ্রুপদ নিংথৌগী রাজসভা মনুংদা দুর্য্যোধননা ‘লক্ষ্যভেদ’ তৌগে হায়দুনা চংলকপগী খোঙথাং। বেলেট অসি ওঝা এস. থনেশ্বর সিংহনা পরিচালনা তৌদুনা কুন্দন বিদ্যা মন্দিরগী মহৈরোয়শিংনা লুখিয়ানাদা উংথিবনি।*



**সমুদ্র মন্থন (বেলেট) :** *ধন্বন্তরীনা লাইয়ামশিংদা অমৃত পীথকপা। বেলেট অসি ওঝা এস থনেশ্বর সিংহনা পরিচালনা তৌদুনা কুন্দন বিদ্যা মন্দিরগী মহৈরোয়শিংনা লুখিয়ানাদা উংথিবনি।*

## অন্ধ্রপ্রদেশতা চৎনবা লোকনৃত্য (খুনুং জগোই)

১। ডপ্পু বাদ্যম্ জগোই ২। মাথুরী জগোই ৩। বথকম্মা জগোই ৪। কুম্মী জগোই ৫। কোলাট্টম্ জগোই ৬। লম্বাডী জগোই ৭। সিদ্দী জগোই ৮। চেন্চু জগোই ৯। গডাবা জগোই ১০। পোরোজা জগোই ১১। কোড জগোই ১২। বন্‌রাজা জগোই অনিচিংবা জগোইশিং অসি অন্ধ্রপ্রদেশ লৈপাক্তা চৎনবা লোকনৃত্য খুনুং জগোইনি।

## তামিলনাদুদা চৎনবা লোকনৃত্য (খুনুং জগোই)

১। কুরবংশী জগোই ২। কারাগম্ জগোই ৩। কাবডী জগোই অমসুং কাবডী জগোইদা মখল অনি থোক্লা লৈ। মদুদি—

সুব্রহ্মন্য কাবডী জগোই, নারিয়ল কাবডী জগোই অসিনচিংবা জগোইশিং অসি তামিলনাদু লৈপাক্তা চৎনবা লোকনৃত্য খুনুং জগোইনি।

## মৈশুর (কর্নাটকা) দা চৎনবা লোকনৃত্য (খুনুং জগোই)

১। কুগগী কসল্ জগোই ২। চক্কেজাড়ে কোলাট্ট জগোই ৩। পুরবী আট্টম জগোই অসিনচিংবশিং অসি মৈশুর লৈপাক্তা চৎনবা লোকনৃত্য খুনুং জগোইনি।

## পাঞ্জাবতা চৎনবা লোকনৃত্য (খুনুং জগোই)

১। ভাঙ্গড়া জগোই ২। গিদ্ধা জগোই ৩। ঝুমর জগোই ৪। কী কী জগোই অসিনচিংবা জগোইশিং অসি জাঞ্জাব লৈপাক্তা চৎনবা লোকনৃত্য খুনুং জগোইনি।

## সিক্কিম্দা চৎনবা লোকনৃত্য (খুনুং জগোই)

১। শাপদোহ জগোই অসি সিক্কিম্ লৈপাক্তা চৎনবা জগোই মখল অমনি।

## অন্দমান নিকোবরদা চৎনবা লোকনৃত্য (খুনুং জগোই)

১। বৈরোংগ জগোই অসি অন্দমান নিকোবরদা চৎনবা জগোই মখল অমনি।

## অসামদা চৎনবা লোকনৃত্য (খুনুং জগোই)

বিহু জগোই অসি অসামগী ওইনা ভারত্তা মমিং চৎপা (folk dance) মখল অমনি। বিহু জগোইদা মখল অহুম থোক্লা চৎনৈ। মদুদি— ১। রংগালী বিহু ২। কংগাললী বিহু ৩। ভোগালী বিহু অসুম্না লৈ। অসিত্তা নত্তনা খোড়ো (কহাড়ী)

জাতিগী জগোইসু অসামদা শিংথানবা জগোই মখল অমনি। বোড়ো জাতিগী মনুংদা ১। নরপূজা জগোই ২। হবাজনাহ জগোই অসি সমাজনা শিংথানরিবা জগোই মখল অমনি।

খা অসাম কাছাড় লৈপাক্তা চংনবা 'বৌ নাচ্' জগোই মখল অসিসু লোকনৃত্যগী জগংত্তা মশক নাইবা জগোই মখল অমনি।

## মেঘালয়গী 'খাসী জগোই'

জয়ন্তিয়া চিংদা লৈবা উপজাতিশিংগী লাহো জগোই, শিকারী জগোই, অমসুং মিজোরামদা চংনবা বেম্বো ডান্সনচিংবা মথক্তা পনখ্রিবা জগোই মখলগুম্বসিং অসি অরাং নোংপোক ভারতকী লোকনৃত্য জগোই মখল ওাক্তনি। অসিতা নত্তনা মণিপুরগী লোকনৃত্য, নাগালোকনৃত্যসু লৈ। মদুদি মথক্তা লোইনা খংহনজগ্রে।

## নাগালেন্দা চংনবা লোকনৃত্য (খুনুং জগোই)

১। কোন্যাক্ জগোই ২। সেমা জগোই ৩। আও জগোই ৪। অঙ্গামী জগোই ৫। সঙ্গতাম্ জগোই ৬। লেহাতা জগোই ৭। চাঙ্গ জগোই ৮। খীয়েমাংতন জগোই ৯। য়েনচুং জগোই ১০। ফোম্ জগোই ১১। রেংমা জগোই ১২। জিলিয়াং জগোই অসিনচিংবা অসি নাগালেন্দগী মরু ওইবা খুনুংগী লোকনৃত্য জগোইনি। অসিত নত্তনা মণিপুরদা চংনবা ১। মাও জগোই ২। মরাম্ জগোই ৩। কবুই জগোই ৪। তাংখুল জগোই অমসুং মেঘালয়, ত্রিপুরা, কাছাড়, রমদাসু উপজাতিশিংগী জগোই মখল কয়ামুক লৈরি মদুদি— ১। কুকী জগোই ২। জেমী জগোই অসিনচিংবশিং অসি থোইদোক্না অরাং নোংপোক ভারতকী ওইনা হুজিক্কী মতমদা মমিং চংলিবা ফোল্ক দেন্স লোক নৃত্য মখল অমনি।

## বিহারগী লোকনৃত্য ঈশৈ

মখাদা ইরিবা ঈশৈ অসিগী ভাবতি বিহারগী লন্নায় লমদা লৈবা নিঙোলশিংনা তুরেল নত্রগা পুখ্রীনচিংবদা ইশিং শোকপা চংপা মতমদা মখাংদা পুন্ নত্রগা সনাপুন য়েগতুনা ঈশৈ অসি য়াম্না চন্না অমসুং বিহারগী লন্নায় লমগী লোনদা শকপা ঈশৈ মখল অমনি।

### ঈশৈ তাল-কাহারবা মাত্রা ৮

**স্থায়ী ঃ**

লচকে মটকে যায় হো দেখ মোরা কমরীয়া,
গাগরিয়া গির গির যায় হো রে।

অন্তরা ঃ

বৈরন বাদরীয়া ঘির ঘির আয়ে,
রিম ঝিম রিম ঝিম বররে,
ছুম্ ছুম্ ছননন মোরা ঘুঁঘরু বাজেরে বালম্ ।

স্থায় ঃ

লচকে মটকে যায় হো......

অন্তরা ঃ

মোরা ঘুঁঘটওয়া দেখ নগরীয়া,
চুনরী উড় যায়ে হো রামা,
পরদেশ বালম্ওয়া কছু নাহী জানত,
জিয়ারা ঘুমর ঘুমর যায়েরে বালমওয়া ।

স্থায় ঃ

লচকে মটকে যায় হো.....

অন্তরা ঃ

বালমে গজরা নৈনন মে কাজরা,
চুড়িয়া খনন্ খনন্ যায়রে হো রামা,
পিছু পিছু আওয়ে মোরী ভৌজানীয়া,
দেখ মন্ওয়া মোরা পানী পানী হুয় গোয়া ।

স্থায় ঃ

লচকে মটকে যায় হো.......

## উত্তর প্রদেশ লোকনৃত্যগী ঈশৈ

ঈশৈ অসি নোংজুথা হায়বদি বর্ষা ঋতু লাকপা মতমদা উত্তর প্রদেশগী লল্লায় লমদাশক্লবা অমসুং নোংজুথা লাকপদা চম্পা, চামেলী, হায়বা লৈ মখল অদুনা হায় হুমদুনা জগোই শাবগী মওংদা লৈবা অমসুং নোংথক্তা নোংখোংবদা ঘুঁঘরুগী ভাব লৌদুনা জগোই শাব অসিনচিংবগী ভার্বনি। শক্লীবা ঈশৈ অসিগী লোল অসিসু উত্তর প্রদেশকী লল্লায় লমদা চৎনবা লোন মখল অমনি ।

**ঈশৈ তাল - কাহারবা মাত্রা ৮**

স্থায় ঃ

ঘির ঘির কারে কারে বদরা ঘো ছায়ে
রিম ঝিম্ সাওনরা বরষে বর্ষা রিতু আই ।

অন্তরা ঃ

ভিগী ভিগী নগমে ঝর ঝর ঝর ঝরনা গায়ে,
মেঘা বাজাওয়ে ঘুঁঘরু,
মোর পাতিহা ঝুম ঝুম কর নাচে গায়ে,
থিতাং থিতাং ধাতিরিতিক তাক্ ক্রাং

স্থায় ঃ

ঘির ঘির কারে কারে.......

অন্তরা ঃ

চম্পা চমেলী নাহী মেঁই একলী
বাগ বাগ মে মেঁই খিলী উড় উড় যাওঁ
কলিয়া খিলাওঁ তারানা পি পি কর মেঁই গাওঁ,
থিতাং থিতাং ধতিরিকিত তাক থ্রাং

স্থায় ঃ

ঘির ঘির কারে কারে.......

অন্তরা ঃ

পবন চকোরী রিম্ ঝিম্ ফুওয়ার লাই,
চুনরী চিপক্ চিপক্ যায়রে,
ইতনা না বরষো পিয়া নাহী আই,
ফির তো ঝুম্ ঝুম্ কর বরষো
থিতাং থিতাং ধাতিরিতিক তাক ক্রাং

স্থায় ঃ

ঘির ঘির কারে কারে........

## রাজস্থানগী লোকনৃত্য ঈশৈ

ঈশৈ অসিগী ভাবতি হোলি য়াওশং থা লাকপা মতমদা রাজস্থানগী মফম অয়াম্বদা লৈবা যুমগী মৌ ওইবী নুপীশিংনা মতেহন, মচেমহন অমসুং মনাও নুপী শিংগা লোয়ননা হরাওনা ঈশৈ অসি শকুনা অবায় অথুম তৌনদুনা রোং অমসুং আবিরনচিংবা চায়নদুনা শাবা জগোই মথল অমনি। শক্লিবা ঈশৈ অসিসু রাজস্থানী লোনদা শকপা ঈশৈ মথল অমনি।

### তাল - কাহারবা মাত্রা ৮

### ঈশৈ

১। ফাল্গুন আয়োরে হাটিলা মারী বাজে বাঞ্জুরী,

ফাল্গুন আয়োরে......... (২)

২। ধরতী রানী বন ফুলে

নাজুক্ ধুপন সুদ বুদ্ ভুলে (২)

বাগামে ভমরা বোলে,

রসিয়া দম্ মারা ভোলে (২)

কি কর আওরে থারে দাগলে ভমর জী

সাতো সহেলীয়া মারে ভাগাল কাড়ী।

ফাল্গুন অয়োরে.........

৩। জেঠানী ঘুমর ঘালে দেওরানী চালা চালে,

জেঠ তো রঙ্গ উছালে,

নন্দে পবমেশ্বর ঢালে,

কি কর আওয়ে থারে ছৈল মন বসিয়া (২)

দেওরকে হাতমে গুলান কী ছরি।

ফাল্গুন আয়োরে.........

৪। বলুতো ফুলওয়ার ঝরকে

নালু কালে জীয়া ধরকে

পাগরী পায়েল ঝন্ কার

নজরা ফাট্ কারা মারে

পোলী উড়ি কি য়ারে মার

রঙ্গ রসিয়া সাতো সহেলিয়া

মারে ভাগলে খাড়ী

পাল্গুন আয়োরে.........।

## অসামগী লোকনৃত্য (বিহু জগোই) গী ঈশৈ

অসাম লৈপাক্তা লৈবা (অধিবাসী) অসামী পুম্নমক্না চহি অমগী মনুংদা মতম অহুম থোক্না 'বিহু উৎসব' অমসুং 'বিহু জগোই' শাদুনা হরাওনৈ। অসিগুম্বা উপলক্ষ অসি থাইনদগী হৌনা চংনরক্লিবা য়াম্না চাওরবা অসাম লৈপাক্কী উৎসব অমনি। শজিবু থাদা 'রঙ্গালী বিহু', লাংবন থাদা 'কঙ্গালী বিহু' অমসুং ৱাকচিং থাদা 'বোগালী বিহু' অসুম্না চংনরকই।

অসিগুম্বা উৎসব অসিদা শক্লবা ঈশৈ অসিবু 'বিহু ঈশৈ' অমসুং 'বিহু জগোই' হায়না সমাজনা খঙৈ।

শক্লিবা ঈশৈ অসিসু অসামী লোনদা শকপা ঈশৈ মখল অমনি।

## ঈশৈ

১। বিহুরে বিবিনা পাত্তেও মইনা
    বিহুরে বিবিনা চাঁপ্‌
গাভরু ছোৱালী নাচে ঝুমে ঝুমে
    বিহু বিহু লাগিছে গাত ॥

২। একালে ঢোলব মাত, একালে পেপাব মাত,
    মাজতে নাচনী, নাচেও মইনা যান,
মবমব মইনা যান, মাজতে নাচনী নাচে ॥

৩। ওচব চাপি চাপি, নাহিবা নাচনী,
তোমাব গাত মোহনী, আছেও মইনা যান,
মবমব মইনা যান, তোমার গাত মোহনী আছে ।

৪। এ...... চাউল দিম, চিবা দিম, কাপড় বান্ধি দিম
    শদিয়া বন লৈ,
যাবা সরুমাই লৈলা হৈকে, লৈলা হৈকে,
    আতবি যাবা,
ইকরা পাতবে জাহাজখন সাজি দিম
    দিখৌ নৈ পাবে হৈ
য়াবা সরুমাই লৈলা হৈকে লৈলা হৈকে আতবি যাবা । (২)

৫। কেলেই ঘটিলা, গামোছা লাগিব,
    চেলেং চাদব লাগিব, গামোছা লাগিব,
লাগিব বাকচব ধন ॥

৬। তোমালৈ ও বুলি খুন্দু পিঠাগুরি (২)
    পকরাই পিপবাই খায় অ, নাচনী (২)
ককাঁলত খোঁচনি বাজিলে জুনুকা (২)
    বাজে কি বৃন্দাবন্‌ নাচনির যাবর মন (২)
আমারো নিবরে মন
    ভরিব লাগিব ধন ॥

—লোইরবা—

লাইরিক অসি ইবদা নৈনখিবা লাইরিকশিং অমসুং তাকপি তম্বীরকপা ওঝা গুরুশিংগী মমিং মখাদা উৎচরি ঃ-

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | কথক শৃঙ্গার | ঃ | তীরথরাম অজাদ |
| ২। | কথকলি নৃত্য কলা | ঃ | 'গায়না চার্য্য' অভিনাশ চন্দ্রপাণ্ডেয় *অনুবাদ* - কু. জয়সিংহ, এস. রাধোর *সম্পাদক* - লক্ষ্মীনারায়ণ গর্গ |
| ৩। | নৃত্য প্রশ্ন পঞ্জিকা | ঃ | জগদীশ নারায়ন পাঠক |
| ৪। | ভারতকে লোক নৃত্য | ঃ | লক্ষ্মীনারায়ণ গর্গ |
| ৫। | ভারতকে লোক নৃত্য (গ্রামীন নৃত্য কলা) | ঃ | প্রোঃ মুকুন্দদাস ভট্টাচার্য্য শ্রীমতি রীতা চক্রবর্তী (চটর্জী) |
| ৬। | মণিপুর, ত্রিপুরা | ঃ | ডাঃ কমল সাংকৃত্যায়ন |
| ৭। | নটপালা অমসুং চোলোম | ঃ | "নট গুরু" ৺থাংজম চাওবা সিংহ |
| ৮। | জগোইগী সন্দোকপা পরিচয় | ঃ | পণ্ডিতরাজ ৺অতোম্বাপু শর্মা |
| ৯। | মণিপুরীয় নর্ত্তন | ঃ | পানতিরাজ ৺অতোম্বাপু শর্ম্মা |
| ১০। | কবি শ্রীমালা 'কমল লমাবম' | ঃ | *সম্পাদক*, ছত্রধ্বজ শর্ম্মা *সম্পাদক*, কে. ইবোমচা শর্ম্মা |
| ১১। | বিজয় পঞ্চালি | ঃ | মুতুম ঝুলোন সিংহ |

গুরু শিষ্য পরমপরা ওইনা তমজরকপা ওঝা গুরুশিং—

**জগোই অমসুং চোলোম**

১। "নট গুরু" চুংখাম ৺থম্বাল অঙৌ সিংহ (মণিপুর)
২। ,, ,, থাংজম ৺চাওবা সিংহ (মণিপুর)
৩। "গুরু" কেঞ্জেংবম ৺ধন সিংহ (মণিপুর)
৪। "গুরু" নোংমাইথেম ৺ সুধীর সিংহ (মণিপুর)
৫। "নৃত্য গুরু" কে. ৺কামিনী সিংহ (কাছাড়)
৬। ,, ,, রাজকুমার সেনারিক সিংহ (কাছাড়)
৭। ওঝা ওইনাম ৺খোনৌবা সিংহ (কাছাড়)
৮। ওঝা থাইদেম ৺গন্ধার সিংহ (কাছাড়)

**দৈশো**

১। ওঝাপুরেন পাওনম ৺চূড়া সিংহ (কাছাড়)
২। ওঝা পাওনম ৺রাধামোহন সিংহ "সঙ্গীত রত্ন" (কাছাড়)

**ভরত নাট্যম**

১। "গুরু" টি. কে. মারু থাপ্পা পিল্লাই (মাদ্রাস)
২। "গুরু নাট্যাচার্য্য", আর. এস আনন্দম (অন্ধ্রপ্রদেশ) অসিনচিংবা।

# INTRODUCTORY SERIES OF

## Prof. Sanasam Dhaneswar Singha

***B. Mus (Double), Nritya Charya***

Prof. Sanasam Dhaneswar Singha, famous Manipuri Dancer was born on the 20th December, 1933 in a Sanasam family of Borbil, P.S. - Lakhipur in the Cachar district of Assam. His parents were late Shri Sanasam Tolen Singha and Shrimati Meitangsambam Chanu Rani Devi.

Prof. Singha started his early education in a lower primary School of Borbil in the medium of Bengali and then in the then Earle High School, Lakhipur. As ill luck would have it, many problems arose in his family. As a consequence, he had to discontinue his studies and started helping his parents. Prof. Singha's father was an enthusiast in Goura Dharma and Harisankritana. So his father liked to draw Prof. Singha's full attention towards his line. Prof. Singha became a famous Duhar with great efforts. He went to various Gurus living in and out of his village. He learnt Pala Duhar from Ojha Khaidem Gandhar Singh of his village ; Nata, Duhar Cholom, Ishei Tala from Ojha Oinam Khonouba Singh and Guru Kamini Singh of Lakhipur, and Niti Leela, Gostha Leela, Bashok, etc. from famous Singer Ojha Paonam Chura Singh and Ojha Radhamohon Singh (Sangeet Ratna) respectively.

Prof. Singha took part as a special artist during those time of the All Assam Tour along with his Guru Kamini Singh. He participated in various occasions in the field of arts. At the age of twenty, his popularity was spread as a recknown Duhar among the Manipuri Sankritana Samaj. He stayed at Imphal for the period from 1952-1955 to discourse many aspects from various distinguished Gurus. The items he received were Nata Cholom, Nata Ishei, Laiharaoba Jagoi, Dash Avatar, Ta-Khousaron, Naga Dance, theoretical Manipuri Jagoi, etc. Among the Gurus, "Nata Guru" Thagjam Chaoba Singh, "Nata Guru" Chungkham Thambalngou Singh, Oja Dhono Singh, Guru Nongmaithem Sudhir Singh were worth mentioning. Prof. Singha was also a student of the Manipur Dance College, Imphal in 1955.

Prof. Singha's habit is to collect anything which is new. After coming back from Imphal, he again underwent learning from a fa-



(ওইদগী য়েৎ্তা) ঃ *এস. ধনেশ্বর সিংহ, মনিশঙ্কর, এম. নবঘনশ্যাম সিংহ।*
*কলিকাতা, ইং ১৯৫৯*

mous Guru of Cachar, "Nritya Guru" Raj Kumar Senarik Singh (formerly Guru Viswa Bharati, Santiniketan, West Bengal), Nupee Jagoi, Rash, Bhangee Achouba Pareng, Brindaban Parang, Khurumba Pareng, Gostha Bhangi Pareng, Rash Jagoi, etc Prof Singha was awarded "Nritya Visharad" title by the above mentioned Gurus He was also awarded Diploma in Manipuri Dance by the Govt Aided Silchar Sangeet Vidyalaya, Silchar, Cachar

Prof Singha played a major role to disseminate the arts of Manipuri Dance in various states of India In 1958, he started as a teacher in Manipuri Dance in the Bhagalpur Kala Kendra, Bihar After serving a few months, he went as a Professor to Surangama, Chhandgitika, college of Indian Music, Calcutta He worked there for about 2½ years In 1959, he met Shri Sankar (Uday Sankar), world famous dancer in Radha Studio at Calcutta Shri Sankar requested Prof Singha to join in his Samanya Khoti Ballet party as a staff Artist, but while staying at Calcutta, he learnt various kinds of dances found in India from various kinds of reputed Gurus Of the Gurus, Guru T K Maruthappa Pillai, Natyacharya, R S Anandom taught him dance in Bharat Natyam Prof Singha had basic idea of Khatak and Kathakali dance from other Gurus In 1961, at the advice of Shri Sheilej Ranjan Mazumdar, the then Principal of the "Shantiniketan Sangeet Bhavan" Prof Singha joined as a Professor in Manipuri dance in Kalanga (Academy of Music and Dance), Roorkhee, U P He served in that institution for about 5 years In this way, Prof Singha disseminated the Manipuri Dance among the students of northern India He also trained there American girls, namely Miss Christian Award, Miss Kendy Alward and Miss Romi Willish whose fathers, Dr H Alward and and Dr Willish were at the Roorkee University, U P

In 1966, he came over to Ludhiana, Punjab after receiving an offer as Professorship in the Kundan Vidya Mandir In 1968, he passed B Music in Manipuri Dance from the Alhahabad Music University In 1974, he took again B Music in Bharat Natyam Dance from the same University In this Institution, many Ballets, composed and shown in various important functions of the institutions were – (1) Lord Krishana Arjun (Geeta Upodesh) . (2) Drawpati Swambar . (3) Sita Haran (4) Tillatama . (5) Sakuntala (6) Amrapali . (7) Samudra Manthan . (8) Jaydrathvath . (9) Abhimanya Vath . (10) Vasmasur Vath . (11) Raja Santanu (Vshma Pratigya) . (12) Viswa Mitra Paposva Vang, etc He was honored

award for his excellent contribution to the institution in the year 1975. He was serving as a part time lecturer in Dance at the College of Home Science, Punjab Agricultural University, Ludhiana for some time.

Prof. Singha wrote there Books, namely – (1) Manipuri Nritya (in Hindi), published by the Lohar Prakashan, Allahabad, U. P. in 1978 ; (2) Manipuri Sangeet Kalabu Khutmaba Ojhasing, i.e. the pioneers of the Manipuri Dance and Music (in Manipuri), published by S. Roma Devi, P.O. - Fulertal, Vill - Borbil, Dist. Cachar (Assam) in 1992 ; and (3) Bharat-ta Chat-naba Jagoi Makhalsing, i.e. Different Dances of India (in Manipuri), now being published. He had been serving as Head of the Dance Department in the Kundan Vidya Mandir, Ludhiana, Punjab for the last 27 years ; and he retired from the post on 30-11- 93 from the Institution.

Prof. Singha trained many girls students for the "Punjab University Youth Festival" in Manipuri Dance and the Bharat Natyam Dance. They secured 1st and 2nd prizes for three-four times. He was invited as an external Practical Examiner in Dance at the Punjab School Education Board Matric Final Examination. Chandigarh and "Prayag Sangeeet Somiti". Allahabad, U.P.

He was awarded "Nritya Charya" (Doctorate) by the Manipuri Nartana Kendra (Regd), Lucknow, U.P. in 1979 for his valuable painstaking contribution in the widespread dissemination of Manipuri Dance especially in the northern part of India.

He participated in a Radio Interview on Manipuri Dance in the door of the All India Radio, Silchar on 27-5-95 : and then offered a Manipuri talk on Classical Manipuri Dance on 9-10-96 in AIR. Silchar, Cachar. He even participated in Pung cholom and Kartal cholom in the National Programme of Dance in Manipuri in the C.P.C. Production Doorarshan Programme in New Delhi under the leadership of M.Nabaghanashyam Singh on 20-8-96. Prof. Singha was also honoured with 'Kalaguru Bishnu Rabha Award' (Sambordhana Patra) by the Department of Cultural Affairs. Govt of Assam on the day of Bishnu Rabha Divas/97. held on 20/6/97 at the District Library Auditorium. Silchar, Cachar.

In short, he has solely devoted his life to enlighten the Manipuri Dance for the last 35 years, and he would like to sacrifice the rest of his life in this field.

At present, he is staying at his own 'Sanasam Bhavan'. Vill - Borbil, P.O. - Fulertal. Dist - Cachar (Assam).

## লেখককী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং

১। মণিপুরী নৃত্য (হিন্দী)

ফোঙবা - লহর প্রকাশন

২, মিণ্টু রোড

এলাহাবাদ-২ (ইউ.পি)

ইংশোক ঃ ১৯৭৮

২। মণিপুরী সঙ্গীত কলাবু খুংমাবা ওঝাশিং

(The Pioneers of the Manipuri Dance & Music)

ফোঙজবী - এস. রমা দেবী, এম.এ.

বড়বিল

পি.ও. - ফুলেরতল

দিস্ট্রিক - কাছাড় (অসাম)

পিন - ৭৮৮১০৬

ইংশোক ঃ ১৯৯২